অইবা :—

কাংঙ্‌জম শ্যামজাই

অফোংবা :—অইবা মশা



ছাপা নম্ফম :

রোয়েল প্রীন্টরস

সিংঙোমথোং বাজার

মখুম য়েকপা :

শেখামিল মোয়

উনম হকপা :—

দি লিভল ইন্দষ্ট্রীজ

বিজয় গোবিন্দ ইম্ফাল

অহানবা কোঙবা :—

ইং ১৯৮৯

অনিশুবা কোঙবা

ইং ২০০৩

মমল লুপা ৪০

কোপী মশিং ১০০০

# "কচ্চবা"

নশূদি মীঙমদবা মতৌ হেক ওইহৌ
পুক্নিং লৌশিংদি থেনজহৌ
ঈশা ঈউ শোন্দম নাদমনহৌ
ওহোক্না পাংজখিদ্রে।
নশূদি মীনা হায়নফম ওইবা
পঙজবা মতৌগী লমচৎ
থম্মোয়নদি খঙহিল্লহৌ
অহুবু শোঞ্জ্নহৌরবা থম্মোয়সিনা
করিমত্তা তৌবা ঙমখিদ্রে শোনখ্রবনা

লাই ওইখ্রবা ইবুবোক শ্রীকাংঙুজম ৺অবের সিংহনা হায়বিরম্মী।

"ইশূসিনা নিঙাই তৌবসিনা………"

মীরা মৈশা মরক অসিদা আশা অমদি মুৎলি-মুৎলি ভাল্লিবা মরক্তা অসিমতং কচ্চরি "অসুম্না পুন্সি লম্বীসিদা" রাহৈ খরদং পরেং লেংলি মওংদি ইতা ভাজদনা ইশক্তি ইথি থিরদনা।

তাং ১৮। ৩। ৮৮ ইং
ইরাই

শোন্দম নাদমনহৌরবা
কাংঙুজম শ্যামজাই

# পঙ্‌হৌনিংঙ্গী ’মতং

ইতং-ভখরবা হামচং-হামপোইরবা রারবা পুন্সিসিদা লাইরিক অমতং ফোংগে খন্দুনা তন্নাং-ভশোইবা পুক্নিংশিনা হেক খোঙ থাংজিনবা হৌরুরে, লোইশিন্দ রাদ্রে।

“থৌপংপা ফংবা” হায়বত্থদা লামায় ৩ গী অরোইবা পরেংদা য়াওরিবা লাইরিকী মিং “মমাংথোং লৌল্লবদি মনিংথোং-লোমদা চংলকউদনা” হায়রিবত্থু “মমাংথোং লৌল্লবদি মনিংথোংদা লাকউদনা” হায়গদবনি। লামায় ৭৯ গী লৌইরবা থারিবত্থসু থারোইদবনি। অসুম্না বানানগী অমদি পরিং শন্নদবগী মভাংদা অরান-অহুই, অশোই-অঙাম খরদি থোকপ্রে। মসিগীদমক্তা ভাকপিগনি।

থোক্লিবা থৌদোক-রাথোক, মফম, মতম, পাত্র অমসুং রারী পুক্নিংগী ইহুলদগী থোকখিবা ভাক্তনি কনা মত্তগী মরি লৈনজদে। সিম’ফৈ সিম’কত্তে ভাকপিরক্লবদি অত্থুম হরাওনা লৌশিঙ্গে।

অইবা

# য়াওরিবশিং

থৌগৎপা ৰুংবা



---

শ্রীকাংঙুজম শ্যামজাই সিংহ
শিংজমৈ য়াংমা মখা পেবিয়া পণ্ডিত লৈকাই, ইম্ফালনা
নিমাই এণ্ড সন্স প্রিন্টিং ৱার্কস
পাওনা বাজার, ইম্ফালদা নম্নগা ফোঙবা।

# থৌগৎপা ফংবা

হৌদোকপগী থৌরম

জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর দান্স অকাদমী হোল, ইম্ফাল

এপ্রিল ২৩, ১৯৮৫ নুংথিল পুং ৩

অথোইবা অতিথি শ্রীগারঃ ভেঙ্কতরমন ভারতকী উপ রাস্ত্রপতিনা মৈরা চুথংপীদুনা স্বর্ণ জয়ন্তিগী থৌরম হৌদোকপীগনি।

অহল ওইরবা উপ-রাস্ত্রপতিনা মৈরা চুথংপীবদু ঐঙোন্দদি থৌনা অমা ওইনা থোকখ্রে। অহানবা খেৎপা মৈখেং মরুনা মৈরা চুননবা হোৎনরকপদুনি। মৈ চম্বগা হেক চাক্তবা হেক ঙাল্লক্তবা হায়রবসি ভারতকী উপ-রাস্ত্রপতিগুম্বা অথোইবা মীওই অমদদি ইকাইনিংঙাই মশক্নি। অদুবু অথাং কনবা য়াম্না ইংনা তপনা মরা চেৎনা হোৎনবা, হাদবা অথোইবা অতিথিগী মতৌদা মশক নাইবা মীওই খরদি হুমাং কাংবা য়াওনরমগদৌবা মতৌ মাল্লি। ঙহাক তুং মাং কোইচেন চেন্নখিবগুম তৌই। তশেংনমক চেকশিন্না হোৎনরবা মৈরা চুথংপীবগী থৌরম অদু মৈখেং মরু অমখক্তংনা চাকপা ঙমখি। মৈরা চুখি। মৈ ঙানখি। তিল্লিবা মীয়ামদা অথোইবা অতিথীগী চপ চাবা মগুন লেপখি। মায় ওইখি। হৌজিক্তি ভারতকী রাস্ত্রপতি ওইরি। মসিনি থৌগৎপিবা।

অনিশুবদা রাম লাল পাল হায়মুলদা কবি খ্বাইরাকপম চাওবা সিংহগী নীংশিং কুমওন পালন নহারোল সাহিত্য প্রেমী

সমিত্তিনা শিনবা থৌখ্রম অমদা ঐনা প্নামজপনিনা য়াওজরুই। থৌরম হৌড্রিবৈঙদা কবি নন্দ হৈক্রুজাম্বা উনৈ। রারী-রাতাই তৌনৈ। মতমসি মণিপুরদা কুকেতকী ইচৌ অমা কয়া লাকপা মতম্নি। রাম লাল পাল হায়স্কুল লম্পাক্তা হুপী মচাশিংন্না য়াম্না থরাই য়াওনা শান্নবহ্ নেংই। কুকেতকী রারী রাতাই ঙহাক তৌরবা তুংদা থৌরমগী মী তিনবা কৌপ্নংনরক্লে। অশিন অরাংগী মরক্তা মৈগী রাফম অমা মরু ওইরক্লে। অতুনা কবি নন্দপা ঐগা হাপলেল থাউমৈ থিবা চংলে। মতাংসিদনি লম্বীদনি রারী তৌরকখিবা রারিদি লিররোই অশম্বা খুদম অমত্তং পঙ্গগে।
No, 122. Nov.—Dec, 1987 Indian Literature Sahitya Academi's Literary Bi-monthly, vol. xxx, No. 6 Editor, S Balu Rao হায়বা চেকোঙতুদা লৈবাক্না শক থংনরবা ওঝা এলাংবম নীলকান্তগী রারেং "A Steady Flow" (page 129) হায়বতুদা অস্তুম্না হায়রি··· ···.... There are also a few other young Writers of whom the following deserve mention.—Manglem Pechimayum (Amuk Laklanuko Ima: Don't come again, Mother) K. Shyamjai (Ningshinglu-bada: On Remembering) Lokhon Mangangcha (Miyamgi Mee: Men of the masses) Hao Amar (Ningkhaikhidouraba Torbangi Saktam) (The Face of a Tottering Bank) Those writers hold out hope and promise and wishes that they will Countinue to write more and more and not stop

for any reason. ... ..

It is one such sphere which knows no bounds, no constraints.... sky is the limit, let your imagination take wings...

Every care has been taken to compile the list correctly. If, however, there are any inaccuracies in word and spelling etc. we welcome the suggistions...... অসিনি মফম মতমগী মথা পোন্না লৈরাং থরদি শ্রী শ্রীগোবিন্দজিগী মন্দির য়ৌরকই হায়বা রাফমস্তু লৈ।

অহুমশুবদা ওক্তোবর ১২, ১৯৮৬ ইং নোংমাইজিং, কাকয়াত্রা, লাইরিক কোওদোকপিনবা হায়জরুবদা হরাও হরাও য়াবিরকখিবা ওঝা এলাংবম নীলকান্ত সভাপতি অমা ওইনা হায়নথিবা পুংকমদা চপ চামা লাকপীতুনা থৌরম মপুং ফাহনবিখিবতুনি। ওঝা গুনো, নোংগোম্বম কুঞ্জমোহোন, এলাংবম সোনামনি, এলাংবম রজনিকান্ত-নচিংবা কয়ান থৌরমতুদা হরাও হরাওনা শরুক য়াবিরবতুনি। এলাংবম সোনামনিনা য়াম্না হরাওনা ঐবু থুং শোকপীখি। থৌরম অতুদা খুদোল তমখিবা লাইরিকশিংতু ঐগী সোই (শহি) অমমম তৌশিন্নু হায়রতুনা ঐবু হেন্না থৌগৎপীখি। থর লৈরগা পাউ তাখি। "এলাংবম সোনামনি সাহিত্য একাদেমী এৱার্ড কংলে" লাইরিকী মিংনা " মমাংথোং লোন্নবদি মলিংথোংলোমদা চংলকউদনা " অসিনি।

মরিশুবদা ফুড কোরপোরেসন ওফ ইণ্ডিয়াগী শ্যামকিশরনা লাইরিক কুনমুক য়োনবিথিবত্থু অচৌবা মতেং অমনি, আশা অমনি। মসিগা লোইননা মরুপ মপাং কয়াদগী মতেং ফংখি।

মীওইবগী মশাদা অশোনবা অমমম লৈনৈ। অচুম্বমক্কি ইচে শিলিনা হায়খিবা অমা লৈ। "শ্যামজাইগী অশোনবা লৈ" অশেংবমক্কি ঐগী অশোনবা লৈ। মীয়ামদগী থাক হাইথবা অমদা ঐ শোল্লি। রাখলগী পোথাফম লৈতবা অরাবা অমনা ঐবু অয়াম্বা মতমদা কোয়শিল্লি। অশোনবত্থু কুপশিন্নবা হোৎনবদা মথল মথাগী অফবা উপাই কয়ানা মতেং ওইবদগী মীত্থু কাওখিবস্থু য়াওই। অত্থুগা অমরোমদা অমুক অশোনবত্থু কুপশিনবা ঙমদবদগী হায়গত্রা নত্রগা ফত্রবা মথলগী উপাই শিজিন্নরুবনরা মীত্থু লৈথা তানা মাংখিবা য়াওই অমদি মশা মংল্ত্তা আত্মাঘাত তৌত্থুনা শিজ- খিবস্থু য়াওই। সেক্সপিয়ার অমদি গান্ধি মশাগী অশোনবা লৈখিদবা নত্তে অসিনচিংবা কয়া তাবা ফংজখি।

অশৈবগী নিতাইপোদ হায়রবসি অশাংবম নীলকেতন সিংহনা ইবনি। সাহিত্য একাদেমী এৱার্ড ফংখিবা লাইরিক্কি। অশৈবগী নিতাইপোদ হায়রিবসি করিনো হায়বগী মতাংদা ঐনা থংনিংবা অমতং ফংজহৌই। অইবসিনা পুন্সি লোইশিল্লক্লত্থুনা হায়বদি সুমিৎনা নোংচুপ চীংদোলদা লৈথখিদোরত্থুনা অরোইবা শুংই অমতং নত্রগা হায়জবা নত্রগা পুন্সিগী মফোঙদোকী মমুংদা অমা ওইবা অত্থুনি হায়। অশৈবগী নিতাইপোদ মৈত্তে অশৈবগী প্রেম

ততুনা শক্তমুবা পিরে থাদোইগা মুংশি ব্রাথৈব'গা অজনবা প্রেম-কাব্যনি। উগনি সিদা অপামগী শক্তম, মুংশিগী শক্তম—অনিগী মরি। অতুনা ব্রারীসিগী মতুংগী মচাক্তা লাইরিকসিগী মীংথোল ওইরমদ্রে। সুপনগী মসি পুন্সিগী মুমিদাংব্রাইরম অমা অতুগা অতুগুম্বা মুমিদাংব্রাইরম অতুনা অমম্বলক্তা তিনখিগদোরবদা "করি-গুম্বা ঐনা পামজরম্বা অমতং" মসিদা য়ুম্ফম ওইবা তাই হায়তুনা কবি অরাম্বম দরেন্দ্রজিং সিংহগী নীংশিং কুমওন পালন্দা (জোনোষ্টোন হায়র সেকেন্দরিগীদা) হায়খিবনি।

মণিপুরী কলা কেন্দ্রনা শিনবা পণ্ডিত অচৌবা চন্দ্র সিংহ মেমোরিয়েল লেকচরস ১৯৮৮ মার্চ ৯ য়ুমশকৈশা থোংমন মংজিল অনিকথম্বম মাণ্ডপতা পাংথোকখিবা থৌরমতুদা শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা লেকচর পীবিখি। ইনিংথৌ কাংবদগী পাথংবা ফাওবা হায়বসিগী হীরমদনি। পণ্ডিতনা তাকপিখি—পাথংবগা কাংবগা কনানা হানবগে? অতুগা পাখংবা হায়বসিগী মতাংসিদম্তু পাথংবা অহুম মরি গুই। পাথংবশিং অসি অমনা অমগী অবতার শায়োন ওইবস্তু নত্তে। মচা মনাও মরি মতা ওইবসু নত্তে। অতুগা পণ্ডিতনা মরু ওইনা পল্লিবনা নোংদা লাইরেন পাথংবগী মতাংদা পল্লি। অসুম্না কাংবগা পাথংবগা ওইরিবসিগী মতাংদা মণিপুরনা কাংজৈ শান্নবগী মতাংদা লাই হাক্তকী ওইবা য়াম্না লিখ্রবা আন মমাংঙৈগীনিকা হায়বা লাইঙৌ, লাইমু, হেঙ্গুনহাগী ব্রারী কয়ামুক, তাকপী। শগোলকাংজৈসি মণিপুরনা হৌদোকখিবনি। মণিপুরী

মচা খুদিংমক্কী থম্মোয়দা চাওথোকচবা লৈরম্বিবনি। পৃথিবীদা মণিপুরবু মশক্ তাক্লিবনি। অহুম্বা শগোল্র কাংজৈগী কাংজ্রম (বোল) অহুম্ম ভিরীদগী য়াকল্লা শায়রগা মণিপুর অমদি কলকত্তাগা য়োথিরনি হায়। মণিপুরদদি খৃঃ ১৬০৫ দা মার্জিংনা পুংথোকখিবনি হায়রি। Pony race কী য়াফমস্ু পন্নে। ক্যাম্বা অমসুং খাগেম্বা নিংথৌগী মতমস্তু পন্নে। ঐগী য়াহং অমতং লৈজে।

October 1985, Competetion Success review Rs. 5.00 Vol. xii No. 4. No. D (c) 278 R. N. 10485/64 গী মতুং ইন্নদি ইরান্না (Iran) শগোল কাংজৈ হৌদোকখবনি হায়রি। Encyclopadia of Britanica & Encyclopadia of America গী মতাংদসু নৈনৈ।

**Which is the oldest game of the world ?**

**—Shailendra Dube, Motihari**

The game of Polo is the oldest game of the world. It was played in Iran during the first. Century A D. Some scholars even claim that it was invented by Persians around 2000 BC. However, Iran is generally regarded to be its orginator.

In India it was introduced by the Mohammadan conquerors in the 13th Century From India it was carried to England in 1860. It is now also played in Argentina, the U.S.A. and some other countries of the world.

Polo is played with a stick and ball on the horse back Polo stick is called 'mallet'. It is an out door game. It's grass field is 274.32 m. long and 146.3 m. wide. There are light weight goal posts, 7.3 m. apart at each end. A score is made by hitting the ball through these goal posts. Two teams, each having four players, play the game. To be good at this game one has to be an expert horse-rider.

This game is played in six, seven or eight rounds. These are called 'Chukkers,. The duration for one chukker is 7.5 minutes. After every chukker some rest is given to the players.

হৌজিক্তি রেডিওগী পামজবা প্রোগ্রাম অমত্তং নত্তনা রেডিও তোয়না শেন্নবা কনাস্ত্র য়াগত্রে। অতুদগী ভাম্নভমদবা খোরাংবা অমগা লোয়ননা কেসেত থোংতুনা তেপ তারে। অতুদগী তেলি-ভিজনগী ফজরবা পুক্লিং চিংশিনবিব্নবা প্রোগ্রাম, ভি দি ও প্রোগ্রাম মসি পুম্নমকসিগী মরক্তা সিনেমা ড্রামা লিলা ঈশৈ মখল মখলদা মীশিং পুক্লিং লুপনখ্রে। মসিদগী অমুক মথেল অমা ওইনা ফজ-ফজবা ফী মখলতমক শেংচনিংশনা ভাওরবা মীওই কয়ানা ফিজেং লৈতেংনা মপাল শানবা লাক্লরি। মথংদা মারুতি, সুজুকি, য়ামাহা এন ভি মখোয়গী য়ায়ীনা চীন লেপত্রি। অসিগুম্বা মরক অসিদা লাইরিক অমত্তংগী, তশেংনমক লাইরিক অমখক্তংগী থয়ায় য়াদবা

ঙমদে। অহুরু পামজরুবনা, অওইবমক পামজরুবসি চুমলিব্রা ?
চিংনজৈ, ওম্বোক্লা চিংনজথ্রপোংনি। অঙাওবগী থবকনি।

ঐঙোন্দদি সাহিত্যগী ফজবা রাখল, রাহৈ, লৈতেং, ফজবা ঈচেলগী মশাগং অমদি পথাপ অমদি মতু শিজিন্নরুবা লৈতে শক্তি লৈতে। সুপনগী উরুবা পোং অমথক থোদোক অমথক ইচম চম্না পাউ তম্নবা হোৎনবা মসিনা ঐগী শরুক্লি।

"পাউ তম্বা ঙম্বগী মওং অমা ময়েক,শেংনা য়াওরি"

এলাংবম দীনমনি

All the world's a stage
And all the men and women merely players
They have their exits and their entrances.
Each man in his time plays many parts.

—Shakespeare.

I have received nothing but love from all you colleagues.

রাফম অমা লৈ হুমিং খুদিংগী চাক চাহুনা লৈরবা মীহুদা হুমিংতুদসু চাক চারমলগনি থঙনা-থঙনা শোয়ত্রে থংলবমক্তদা রারী তোনঙাই লৈত্রবদি হংই—চাক চারক্লবা করি এঙ্গাং চারকই-হঙ্গাম—হাওবরা—(খুমনিংদবমক লৈরগসু রারী মপুং কাহন্নবগী-দমক খুমই) হাওই অসিনি। মতেকসিদা করি অর্থ য়াওই। করম্বা কয়া রাংবা নত্রগা নেম্বা মথল লেপনবদু য়াওবগে—(অয়াম্বনা খুমগনি

কৈকাম্লগনোদা য়াওস্নু য়াওদবনা লৈতে, য়াওদে। মহুগী খুৎহংহুনি মহুগী খুৎখুমহুনি ঐগী লাইরিকস্নু। ঐগী মই লাকইস্নু। কৈ-দৌবগী হংলিবনো—কৈদৌবগী ইতন তম্না খুম্লিবনো। খংলবমক্তদা খংনিংবা'মস্ন য়াওরিবনা নত্রগা মতম লেম্লবা পোম্থি অমা থিরিবরা নত্রগনা করি? অসিনি। মীওইবগী মশাদা অহুগুম্বা অমা য়াওরি। খংনিংবরা, লাংতক্লবরা নম্রগা করিনো ইহুলগুম্বা অমা।

লৈপাক ইরাং হৌবা মরক্তা (সরকারগা সরকারগগী মায়োক্তা শিংনরিবা কাংবুগা) ময়াই কল্লবা নীশা (ড্রগ, মোর্ফিনগুম্বা) মরক্তা, মী কুংলবা গাড়ী ইঞ্জিনগী অয়াংবা থোংজেল মরক্তা চেকশিলহৌদ্রবা মিকুপ অমগী অরাবা মরক্তা, কল্লক খম্নবগী ময়াইনা ওলহল্লবা পুন্সি নত্রগা চাওথোকপা নাপলনা কেম্লনি কাউথোক্লবা মুংদা হৌরক্লিবা লুনৌ মরকসিদা পুথোকচরি "অসুম্না পুন্সি লম্বীসিদা"।

ঈশ্বর লৈতে। লৈরগনা ঈশ্বরবু উরবরা হংই। ঈশ্বর হায়বসি পুক্লিংগী ক্বিভম ফনা লৈনবগী বানি। অহু ওইরবদি ঈশ্বরবু থাজদবা পুরামক ওমথ্রবরা? ওমদে। মৈতৈগী চৎনবিদা স্নামহী লাইনিংথৌগী লাইনিং হুন্দোকপা ওম্লোই। মীরাবাই, ভগবান বুদ্ধ, গৌরাঙ্গ মহাপ্রভু ঈশ্বরগী ভুংইনখিবশিংনি।.......

—My body was a complete wreck, I was sick from head to toe. Worse than any thingelse were the terrible migraine headaches I suffered from and the sleepless nights. Two weeks after my cries for help, God led me to a Full Gospel

church, where they prayed with me ; and in one moment I became a new creature ; All my fears, frustrations, pains, worries and sickness vanished as snow before the sun ...... Mrs. C. H. Breem-over-Van Oel Haarlem, Holland. পুন্নমক moral গী ব্লাফম্নি। নৈনরুবা খস্থরুবা লৈতনা তম্বীরকপা হৈনবা অমনদি হায়— পুংথোকচব্লিবসি ঈশ্বরগী থৌজালমক ন[illegible]পদি করি ওইগনি? পুন্নমক ইশ্বরগী থুজিলনি হায়বা মিকুপ অমা লৈখি। লৈংদমক ওইবব্লা? ইশম শম্না হেক হায়—ঈশ্বরগী থৌজালনি।

---

# অঙ্গুম্বা পুন্সি লেপ্লীসিদা

কালেনগী শারবা নুংশানি মী পুম্নমক চাক চানিংবা, থক্লিংবা ইকাঁও ফাওনত্রবা, চৈতন তনথবা মতমনি। শাগ্রবা নুমিৎ য়ুংলবা মতমহুদা মপাহুনা সাইকল থকনা য়াওদ্রবা মরু কোক্লবা সাইকল অমা তোংলগা লম্ফেলগী অনৌবা শাগৎলিবা য়ুম ময়াম অদোমদা লাক্লি।

—ইবুংঙো সিদয়া বীরনা থবক ওয়রিবহুবো। মফি মরোল ইমোৎ মোৎলবা অঙাংহুনা থুমলকই।

—মানি।

—চন্দ্রহাস কৌবা নুপামচা অমা সিদা থবক ওবা য়াওরিবরা?

—য়াওরি কৌথোকচরুথিগে।

ছমাংনা ইচোৎ চোৎলহুনা কোকশেং অমগা লোয়ননা থোক্লকই চন্দ্রহাস। মপাবু উবদা হংলকই ইংনা তপ্পা।

—করি হায়গদবনো ইশ! নুংশাসিন্নু ওন্থোক্লা শাথ্রেদা মিং ফাওবা পাংবা ঙমদ্রে।

—ইবুংঙো থুরা সেখরগী পৈশাক্ষ য়াম্না থোরমরু। ওলিদগী হেনবা য়াররোই হায়হুনা শাওরম্লে। নংবু তাদ বীরগা ফান্দরগা পৈশা থর হৌজিক থিরক্লপা ঙমোইদ্রবা।

ওহ্যাক য়াথরু তৌরকই, অমোৎপা মথুং য়ারক্লে হায়রকই অমোৎপা য়ালটিলগী অমোৎপা ইথিংদা থুগা ইমোৎ মোৎলবা পৈশা থম্না পুরগা লাকই চন্দ্রহাসনা মপাগী মফমদা।

থবক গুত্তুন্না লৌরিবা মচাগী চাবদা হাম্বনিংজ হায়নিংদ তঙায়-ফদনা মীগী পৈশা শিংদোক্লবা হায়রুরি। মচাগী শকফম উবদা খল্লি, নহানমথৈ ইচানা থবক গুরিবসিদি ওত্তোকা, রাগ্লবজাংনিদনা। ইচাদা থিনকা চৈবা য়াম্বা নত্তে। ইচা মপুক্কিং মুংশিহনবা য়াম্বা নত্তে।

মমা নাবগী মপা শোনবগী লৈক্যাইগী শেম্বাং হৌনবী চংনবী পুন্নমক হৌজিক্তি য়াম্বুং চন্দ্রহাসতা তারে। মনাওমুপা ময়ামগী লাইরিক তমহন্নবা থরচ তানফমগু য়াম্বুং ওইরে।

মনাও ময়াম্না মশা মশাগী মরোমদোম লেপচথিবা গুন্নবা শিনবা য়াম্বুংগী আশানি। য়াম্বুংনা মালাবু মুংশিজে। যুমগী মৌ ওইনা পুশিল্লনিংই। মালা লম্ফেলদা লৈবনি। য়াম্বুংনা থবক গুরিবসিদগী ইরাপ লাপ্তুনা লৈ। করিগুম্বদা য়াম্বুংগা মালাগা উনহুনা থম্মোয়গী অশেংবা মুংশিবা তান্নরকই।



সুভাস মনাও য়াইমনি। মচা মরি লৈরে ওফিসার মচা অমা ওইহুনা ইকাই খুম্নবা ইমুং ওইরবনি। অত্তুবু থবক সসপেন্দ চংথিবদগী সুভাসকী ইমুং অসুম নংথরক্লম্মী। মুমিদাং খুদিংগী যু থক্তুনা লাকনি। ইমুংগী কা শিনবা থুংম্মী লাংগানি লাওগনি। পুন্সি হায়রিবসিদি চাথোকদবনি থক্তোকদবনি মুংউাইথোকদবনি হিংলিঙৈ মিকুপ থক আনিদা মুংভাইহৌদনবু শিরগী কদায়দা চংথি কদায়দা

করি ওইগি হায়বসু থংদবা, অরাবা রাখলনা চিন্তা তৌদুনা লেনবনা করিবু কাম্নগদগে হুংভাইথোক্লবনি। পুন্সি তৌরিবা থবক তৌরোইদবনি। করিগুম্বদা লাওনগনি হায়বুংগা। নিশা শিজিন্নগনু, ওক্রবা থবক তৌগনু, অমদি কুপী অভাংগী থয় থয়। মহুগী লাওনবয়ক্তনা ইমুংগী অমদি লৈকাইগী কুপ্ম্য থেক্তা ওইগনি। ইমুং সিগী মী থুদিংনা হায়বুংবু কিনা চংলি ব্যবহার তৌই। সুভাস য়ু থর থকচিন্নগা মত্তক হায়গংপগী লমচং হেক হেক উংলরনি।

কান্ত মনাও অদুগুবনি। ড্রামা লিলা য়াওবা লাইরিক ইবা পান্নজবা কলপনাগী জগত্তা তাওদুনা য়াম্না চম্না থেনজবা মীওইনি। করিগুম্বদা ঈশৈ শকনি মতৈমগী মচা য়ামা লাক্লুনা লক্করগনি বাইতোন ঈশৈ শকউ ভত্তনা শোল্লু ঈশ্বরগী নামবু ঈশ্বর মাল্লা অথোইবনি...অসিনুচিংম্বা করিগুম্বদনা মথুংও মশাও তৌরদুনা কর্ণগী আলোচনা তৌগনি। পোকপদগী অপোকপা মমামন্না ইস্থোক্লুনা কল্লবা কোরি চফুদা হাপ্পুনা শিকরসনু মরাইবক লৈয়গনা তিংজকরসনু গঙ্গাদা থাদরক্লবা কর্ণ, গুরু পশুরামগী মফমদা মহৈ তমলিবৈদা কংথিবা শাপ, ব্রাহ্মণ শাহুনা কর্ণনা হেক্ক পোকপবা মচাবু থাংতোক্লুনা পিজনবগী চাংয়েং ইম্রুনা, কুন্তিনা মথাকা য়াওজরক্লপা মথুং কবচকুন্দল মথং মথং লোথোকপীরক্লবা থুংলাই চাংয়েং পরিক্ষা য়াওনবা হোৎনবদা ইকাইবা কংপ্রবা কর্ণ মহাভারতকী কুরুক্ষেত্রগী লাম্লাওদা মাগী দোলাই রথ ক্লৌরিবা অসুম্লা অয়াকুপা অথিবা খোঙেল্লুনা লোইনবিরবা কর্ণ দোলাই চাকা

করিমত্তা থুমদে। শিলাগী শম্লাং ইচাই চাইগ্রে। শেমজিনবিগ্রবা শমলাংনা নিংথা তম্না চাইবা হেল্লকই। ইচাই চাইরবা শমলাংদো খোমজিন তাশিনবিনবা কনা লৈখিগ্রবরা ? মতৌঙ্‌ ওস্থোক্লা নিঙমদবা মতৌঙ্‌ উরগা কান্তনা শমলাং খোমগৎ-খোমগৎপীনা ঝাহং হংবা লেপত্রি।

শিলানা য়ুমদা ইহন মহল্লক্ত্রবা অমদি মমৈথংদা শিলাগী ফিভম অসুম্মা ওইরমগনি থল্লকপা অরানবা ফজদবা ঝাথল কর্নানা নিঙম্মক্ত-বদগী শিলাগী মমাদো ইকাইজবনা থাংবা ওমলক্ত্রমাল্লে মথন্তা থাংনা থিন্দুনা শিজগ্রে। পাউ তাবদগী কান্তসু শিলাগী ওইখিবা ফিভমহু থংলক্লে।

কান্তনা উপাই লৈজদ্রবী শিলাবু লৌশিন্দুনা লুহোংনবা য়াম্বুংনা শিল্লে। লুহোংবগী কৈনা দান পিবা হৌরকপা মতমহুদা কনাগুম্বা অমনা পাউ তমলে শুভাসহু লম্বীদা ইহং নাইহং শানা তাহুনা লৈহৌরে। লুহোংবা লোইশিল্লমদনা য়াম্বুং লাকই। লম্বীদা সুভাসনা লফু মচুপকুম তাহুনা লৈরিবহু উরকই। য়াম্বুংনা কনাদসু ঝাকৎলুদে। সুভাস ওক্তবনা ফিভমসি ওইরকখিবনি থল্লকই। য়াম্বুংনা হৌনবী সংস্কার তৌরিবৈদা উরকুই মমিত্তা সুভাসকী সহধর্ম্মীনি অমদি মচা মন্নাম্না চাদা-থক্তবনা চদংনরবা ময়ামহুনা ওইরিবদো।

ইকুই কুইদনা মালাদগী চিঠি অমা, কংই —

খুংশি থোইবরা,

অসিদি অঙাইফদনা চিথিশি ইরে, নহাক্কী নফমদা মহৌশানা মহৌশানি। হৌজিক্তি চহি মতুং অসিদা ইমা ইপানা ঐবু থাজগে মখোয়গী মাথং ইনবা ইন্দবা নহাক্কী নফমদা অরেপ্পা থমজরে। লাক্লিবা য়ুংশকৈশা খুমিং অসি ফাওবদা অমুক্তা লাক্কবা য়াদে। অকুপ্পা য়ারী নফমদা শান্নগদবা লৈরে। শোয়বা য়াদে .. .. ।

নহাক্কী মালা।

চিথি পাবা লোইকাত্রি মপা মোমদগী ঙাংনরকই — ডাক্তরদা পুথংপনা ফরে সিদা লৈবসিনদি থোইদোকপা কান্নররোই।

ডাক্তর য়েৌবদা মমাদো লাইকন্নবা নংদনা শিগ্রে। অংরোমদা মমা শিঙ্খিবগী অয়াবা অমরোমদা মালাগী চিথি। হৌজিক য়াম্নদ্রবা তৌগদবসি .. .. ।



— অসিবু য়াম্নং নত্রবে।

— মাঁমি

মাগী ফিজোলসিবু ইশে শেগায়, মকোক মরুইফা কাই, কঁরিগুমদ মীনা কৌবগু খুমদে, অতুগা কংগুম্বদনা মথনতা উশৈ ঙংই

করিগুম্বা মখক্তা মচিন্দা মুরুম-মুরুম শোল্লগা চৎলি। করিগুম্বদনা তুমিন্নদা পংগৈ কৈ। য়াকুংশি লৈকাইনা মুত্তক-মুত্তক ওাইবে। "ওাওরে"। কনানা হায় মহৌশা থরক শুবদা অরাংবা শগায়দগী তারকপদা মাথা বেল্লা লৈখিবনি, অমনা হায় নোংমা হরাগাড়ীমা মকো ক্লা থেংগাইরুরবনি; কনা অম্মা হায় মহাক্না থবক শুবিরবা কচ্ছার মাঙ্গু মচাহুনা শেমজিনবনি মহে ভোগিনবনি, মখা ভানা লৈকাইনা লৈনবিবদা অসুম্নসু পৈরে— মনাও হুপাগা মমাগা থংনথংনা ইকুই কুইদনা লৈখিদবতুদা রাখল হুওাইত্রিভৈছুদা মাগী হুংশিনজবী মালাসু কাইনখিবদগীনি হায়। থংদেদা মীওইবগী পুন্সি হায়বসিদি অসিনিনে। ওহ! অসুম্না পুন্সি লম্বীসিদা—।

## ঈশ্বরগী নামদা কমদাং অমা

ইবুঙোয়াইমা মণিপুরগী লম্বী থোং শেম্বগী লোইশংদা রোড মোহোরি ওইনা মতম কুইনা ওইরম্মবা তুংদা থবতুগী পোথারছুনা চৌজিক্লি করিগুম্বদা গোবিন্দ দর্শন তৌব চৎলি। অহল ওইরবা মকুপ মপা, অঙাং ওইরিভদা তিন্নগিবা থবক্লা লিনকম্মী কুইনা উন্নকত্রবা কয়া মত সিদা পুম্লে। লম্বী রাবী ওইনা ইবুঙোয়াইমনা হোৌরকই। মতম অমদা চিক ইজি ময়ার মনি হায়দনা অমা লৈরম্মী। মনি মী য়াম্মা ফে তৌবতবু শেঙ্গ পুনকাশিনদংদি অহাক খাঙোকত্ত য়ারমগ্রে। অঙুদেদি মনিন্না কমদোগেবু মী কয়া তাদবা চংবত্ত হেক

হঙ্গোইবা মীনসু কয়া খৌশাদবা খংগন্দ্রবা মফম অমদা মনিনা থোং অমা শাননবা হোংনৈ। মসিদা মনিনা মথা থাবা মী থাদুনা য়েং-শিলহল্লুবসু লৈতে। খংহল্লুবসু লৈতে। তেবলদা ফজবা চেদিং পুথোক্তুনা য়েক্তুনা থোং শাবা লোইখ্রে। লুপা লাখ মান্র মনিগী ফুরিৎথাওদা চংখ্রে। ইকুই কুহদনা মনি মতম শুরদুনা থবক্তগী পোথাখ্রে। অদুদগী ঐজ্জা তা-তাম্বী অনৌবা চিফ-ইঞ্জিনিয়াব অময়ুক থল্লে। মাগী মনিংদুবু করি হায়রে হেরা অদুদগীনিনে, করি লমদম হায়রে হেরা সিবিনা লৈবা মফমদো অদুদগীনে। মানা হান্নগী চিফতুনা তৌরম্বা ফাইল অরিবদু ফাক ফাক্তুনা হেক য়েংলুবদা থোং অমদি চেদা শাবা পুগলোয় লোইরম্বা জাংনিদনা। মানা কেরানি, অমদি ওফিসার মথা থানা থরা মফমদু চৎতুনা য়েংলুবদদি থোংদু লৈরমদরে। অদুবু রা ঙাংদে। অরাবগী মমিসু খোইদোকপা উত্তে। মথংগী মুমিত্তা অনৌবা চিফসি চাক-য়েঙ্গাং হাওনা চারগা মাগী ওফিস কারকই। মাগী কাদা ফম্লগা ইংনা রাখল তৌরকই। চিরাই থরা হঞ্জিল্লবা অনৌবদু হুমাং কাংলকই। চুরুট মচৈ কয়াগী তাঙ্গোইনা চুরুট মথি তাম্থি হাপফমদু থল্লকই। মমৈথংদা রাখল অমা লাক্তুনা অসুম্না তৌই হায়। থোংসি শেমজিন্নবা থোংসিগী মথোং নামা নমথখিবদু উৎপা থোং অমা য়েন্নগা থোংসি পুরা নৌহৌননা শেমজিন্নে হায়দুনা লুপা লাখ অনি অনৌবা চিফসিগী ফুরিৎথাওদা চংখ্রে। লুপা লাখ অনিসি ফংলবা তুংদদি অনৌবসি ভিজিলেন্স লাকখ্রা, ওদিট লাকখ্রা কন্না নিংনবা হৌগৎপা মতমদা থবক্তগী পোথাখ্রে অদুদগীদি তা তোম্বী কমাই তৌগেবু উচিন

নাচিম্না পোথাখ্রবা অনৌবহুগী মথং নহা থরা .ওইরপ তৌবা অমা এলাং লৈকাইদগী অমা লাকএ। হান্নদোনা মাস্থ থেংন-রুরবজাংনিদনা। হন্দক্কী এলাং লৈকাইদগীসিদি থবক কৈ। অপনবা অতপ্পা মী নত্তে। অহুনা থোংসি লানবা য়াদ্রে। খুদোংথিবা থোক্লুনা প্রজাগী রাকং লাকপা তারে হায়হুনা থোংহু শিদোক্লবা এসতিমেট শাহুনা হোনবি মতুং ইন্না তেবলদা থোংহু শিদোক্লে। থোং শিদোকপগী অচংবা পুন্নমক মাগী ফুরিংথাওদা চংখ্রবা মতুংদা মণিপুরগী ভমথৈ মনাক্তা লৈবা মফম অমদা ট্রান্সফর থাখি হায়। ঐজ্ঞা তা-তোম্বীনা ইশ! অহুক য়াম্বা শৈপাহু মোয়-মোয়গী ফুয়িংথাওদা হাপচিল্লবা! ইবুঙোয়াইমনা মথা শমথরকই মহুনা লোয়পোং নত্তেনে অহুবু সিনিনে মণিপুরগী রারীনিনে থংদমক থংজিল্লু তাদমক তাশিল্লু কৈদোগে মঙক খিত্তুং তিংথোরকই। খদাং রাংথংলকই।

রারীগী রানি। ঐজ্ঞা-তোম্বীবু নংচদেকো মিংদি মান্নে। রারিস্থ গুণ্ডাইরি ঐদি নিংবু নিংশিংলকইনে হেরা সিনিদা খুল অনিথক লৈরমজাংনি। মহু হৌজিকস্থ লৈরি হায়। অমনা হাউ-খুলনি অতোপ্পহুনা মৈতৈ খুলনি। খুল অনিসি অহুম থংনরজাংনি। অহুদা নোংমদি খৃস্টমাস মনুংসিদা হাউখুল্লোমদগী মাইকতা লাউ-থোয়কপজাংনি— তা-তোম্পী বামোন-তোম্পী…ঐকা-তোম্পী— নংনা হায়পা অতাওপা থৌরাং তৌতোনা লোইরে। য়ারকতি থরা থুনা লাকপীয়ো নত্রবদি ঐকা তোম্পী… খুলগী মতাই ওইরপ্পা লৈবনিনা ঐজ্ঞা তোম্বীগী লাইশংলোমদদি লাওথোরকপা মাইক্কী

খোঞ্জেলতু ময়েক শেংনা তায় জাংনিদনা, হায়রিশে মতমশে ঐজ্ঞা তোম্বীদি লংবৌগী খুদৈ মচাগী ফিশেং শেংতুনা শরিক খিংতুনা বর্ত্তি হায়তুনা য়াম্না কন্না লাই সেবা তৌরিজাংনিদনা। বামোন তোম্বীসি লাইশং মঙ্গুংদা ভমাং কাংখৎলকঅজাংনিদনা। লাই মুর্ত্তিশিংতু মমি শামি পংউ উররুজাংনিদনা। অতুদৈদি মপান্দা কাংশি খিং-লীবী মাগী মুপীনা ভাব (রাখল) তৌরকই। হাইস ঐখোয় ঐজ্ঞাগী শবিক মখোলসি ফরক কাইরগুম্না তাইদা সিনিদনা। অতুদৈদি বামোন তোম্বীগী মচানিপা অপিশক থাজন্দুনা য়েংহনবদদি ইকাইবোই করিবোই পরপ-পরপ থোকললক্লগা ইপাই হৌইদা হায়রম্মগা মফি তনশেং শেংগ্রে হায়রে।

কুচু হায়র ভৌরোক ভৌবা, মশক হায়র লময়ৌবী, শাবান হায়র ভারোইনি। মভকশমতুবু মীনা হায়নরিনিদনা ঈশিং থকপা উনি হায়দনা অতুদা ওঝা অহলগী রা অমা লৈনে। মশক ফজবা চাবদা হাওগদবা মানবা মুপীশে মছুদি চাওবনিকো— মসিমদি শোয়ত্রবনিকো। তোম্বসু অফাওবা ডাক্তরনি। রাধারানিসু ডাক্তরনি। ডাক্তর মতৈ মনাও অনিমকসি শাবান্দা, কুচুদা, লন-থুমদা মহৈ-মশিংদা অরাংপা লৈতে। মীনা হেক পাম্বা, অউবনা য়ুম পাল্লবী মুপীনি কাউবমথৈ লকুনিংব', মুপী অতৈনসু অহুমভাই য়ুম পাল্লবা মুপা ওইজরগসু অতোনবী ওইজগে থনবা শক ভাক্তনি। অতুবু অহানবা ফংবা মচাশি কুচু মুশুক মুই। মশমসু য়াম্না থিনা খোই। মুপীসু মুপীনি। ফিভমসি উবদা মতৈ মনাওসি ভকপজাংনি। অদুয়দি ওইরবদা ফিভমসি করম্না ওইরকখিবনো থল্লুবদা অরাবা

ওইরে। তোম্বনা মচা অমতং ফংজরে খল্লদুনা হরাওজরম্বা ঙসিদি কুচু মুবী মশম খোইবী মচা মুপীগীদমক অন্নাবা ওইরে। ওফিস কাই থবক্তা খোইজংদে। চাক চাই পুক থন্না নে তানা চাদে। তেবলদা ফম্নে মখুত্তা মকোক শোরগা লুকথদুনা হেক মরৈ। তোম্বগী মপা মমাসু মশুগী খল্লুবদা মায়বা মায়বী পাঞ্জী য়েংবা নোং হেক ঙানবগা চংপজাংনি। তোম্বসু মমান্নবা রাখল লৈবা অহৈ-অশিংদা তান্নজাংনি। অদুদা মখোয়সু মুন্না থম্বরগা মরু লুকথরগা তুমিন্না লৈখিবনা তান্নবদুগী ফল হেক হেক ওইবদুদা তোম্বা মথাই মুঙাইতবা হেনগৎলকই। মাগী মুপীদা রাফর্মাস করিগীনো হংনিংই। অদুবু হেক হংবা ঙমখিদে। মপুক্লিং ওনখিদুনা মুপী মুপা ওইবগী য়ুম্বানবগী অপুনবা মরি অদু তংখিগদ্রা খল্লি। মাগী মুপীসু ইচিং চিংনজ্ঞে। মসিগী মরমদা ইথন থন্দবা ইথংমক থংদবদি নত্তে। হৌদোক্লদবগী রাতনি। মমৈথংদা পণ্ডিত অমথক্তা তান্নে।

পণ্ডিতদুনা হায়— ইবুংঙোগী কাদা করিগুম্বা ফোতোগুম্বা লাইককা থেংপা খোংপা লৈবিবরা ?

মদুদা তোম্বনা খুমই— থোইদোকপা থেংচদে।

অদুদগী পণ্ডিতজি রা থন্না ঙাংলম্লগা অমুক থম্বব। হৌখ্রে। মমায় নোম্থখিবদগী হায়গৎলকখিদ্রে। য়ুমদা লাক্লুনা য়েংবদদি রাধা-রানীগী খুন্নারোমগী ফক্রাংদা বোক্সর নেগ্রে য়েকপদু থেংদুনা লৈরম্নে। মদু মথক্তনি থেংলিবগু। লোংদুনা হেক হিপথবদা হেক মিংফম য়েংফম হায়বদু থোকই থেংলিবা লাইদু। অদুদগী খল্লক্লে তোম্বনা —ও পণ্ডিতনা হায়বদুদি চুম্মীদ্রা মীংয়েংফম হায়বসি লুইদনা।

মখম চানা কল্লাংবা লাই থেংপা হায়বসি দরকার ওই অসিনি অমুম্না ব্রারী তৌনবদা গোবিন্দ মন্দির য়ৌখিবা থংহৌরে।

ব্রারী (নাম তাবা) লোইরে। থোকলরে। ইবুংঙো য়াইমনা ব্রারী হোৌরকই। সুপা অমথক লৈরম্মেয়ে সুপাসি মশক ফজবা সুপী লৌবা ওইরে। অতুদা মানা থবক চথোক-খোত্তোকপা তৌরুরগা হজিল্লকপা খুদিংগী মাগী থোঙ্গালদগী ঈশৈ হৌনা লাওনা শক্লগা চংলিসিবু হল্লকঈসিবু করিগীনো হায়দনা মমাল্লবা অব্রাংথংবদা লৈবা তোম্মনা নোংম্মা হেক হুংবজাংবনি। অতুদা করি হাৱসিগে,—মরূপ ঐগী সুপীশি ফজে। অতুনা মানা করিগুম্বা নিপা নহাকা উন্নতুনা মমুংগী লিলাসকা শাম্নরম্বা থোক্লবদি লোইশন-খোংচন তৌতুনা য়াম্না থুনা কিক্তম শেমতুনা চংথ্রো-চংথ্রো হায়বগী ব্রানিংনি হায়বতুদা ব্রা-ব্রা হেক নোকই। তঞ্জাসিদা হায়রিবা ইবুঙোয়াইমসিদা অতোপ্পা সুপী অমনা লম্বীদা ওক্লতুনা "কদোমদা লেংবিরুরিবনো তাদ" হেক হুংলকই। মতুদা ইবুঙোয়াইমনা খুম্নই— "থংগ্রেনে অহল মতম ওইশিল্লকপসিদা হরিগী নাম তাবা থর-থর চংলিবসিনি" শেম্বিবা মপুগী মিংথৈগী ব্রা তারগা পুন্সিগী অয়ান খুভম ফংনবা হোৎনজরি-বনিদো—মতু তাবদা লাকখিম্নবা ইবুঙোয়াইমগী মরূপ মপাংশিং চিন খুমজিল্লগা নোক্খি।—

অতুদৈ কমাইতৌবগেদু নিংবু মিংশিংলকইনে ইবোয়াইমা উল্লরগা থংইদনা কক্লাগী সোম্বিতা হায়দনা তমা লৈরম্বদো। আগ্রা ইউনিভর্সিতিরগা এম এস সি লাইক সাইন্স পাস তৌরগা কলেজগী ওঝা চহি মরিম্মুক ওইরগা ডোক্তোরেট ফংখিবা উরিপোক মচিনগী

লালজিগী মচানা লৌথিবদো। য়াইস্কুলগী রাজেন্না সোবিতাসি য়ান্না পামজবজাংনি। রাজেনসিনা কলেজ কারে ইন্নবি হল্লক্লে ইন্নবি। সোবিতাসিনদি রা হংবা খুদিংগী সুকথুম খুমদবী। ময়ুমগী থোঙ্গালদা লৈরিবা হোটেল অমদি পান তুকান্দা সোবিতা শংবদা নুমিৎ খুদিংগী লুপা তরা কেলহৌরিবন্দিনা। অতুমহাইনা চহি অনি অহুম ইন্নদনা কোনথংদা য়ারক্নুনা চিঠিগা পিনদনা সিনেমাগা য়েংমিন্নদনা তুরিশটতগা কোইরদনা য়ান্না নুংশিনরজাংনি। অতুদগী ভাই বন্ধু নুংশিবগী হিরমদা থৌরি লিশাং থারুরবজাৎ-নিদনা। থৌরি শাংনা পুনবা ষন অয়াম্বা মতমদা তংকল্লি হায়রুনি অদোম্না হেন্না খংবিরিবরুনি। অতুদৈ সোবিতাসি উরিপোক্কী কলেজ ওঝাসু ওইমিন্নরিবা মপান্দসু লাইরিক তম্মিন্নরকপা অসিনা হেক লৌখ্রজাংনি রাজেনসি মথাই নুংঙাইতরুনা দিমাপুরদা চেনখ্রগা অচৌবা ফেক্তরি অমদা মেনেজর ওইরুনা কারবার চাওনা তৌরুনা পৈশাকা পায়খিরুনা দিমাপুরদা চহি অহুমলোম লৈরুরবজাংনি। রারিসি শমজিল্লগে।

রাজেনসু অহল ওইরক্লে। সোবিতাসু অহল ওইশিল্লক্লে। সোবিতাসু মপুরোইবা লৈখিদ্রে। রাজেনসু মমা মপানা শিন্নরম্বা মাগী লোয়নবী লৈখিদ্রে। ঐথোম্বনা তৌরিবসিনি। চহি কুরু শুংলক্লবা মতমসিদদি নাম তাবা নত্তনা করি উপাই লৈরিবগে।

নোংমা মেরাগী পূর্ণিমা অমদা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী দর্শন ফংলুরগা হল্লকপদা রাজেনগী কাংবু সোবিতাগী কাংবু খোংবু

ওইরুরবনিদনা। মথোয় মঙা তরুক শুই। রারি তৌনরকপজ্জাংনি। ঙসাই ওঝা মনিগী রারিদো ওম্থোক্না মুংঙাইখ্রে। ঐদি মুংশিবা অমা য়াওরত্তুনা ঙহাকসু কপথোকউরে। অমসু অমম্মু শ্রীকৃষ্ণ লিলাগী অঙকপ্পা মতাং কয়াদা শিংথারত্তুনা লাকপজাংনি লম্বী রারিত্তুদা। মতাংসিদা লম্বী থায়নদৌরত্তুনা ভক্ত প্রেমী প্রেমীকা মশেল অমগা অমগা নোম্থত্তুনা খুরুম্মরকই। ফরে ফরে ইবেম্মা য়ৌখ্রো ঐখোয়সু সোমদা য়ৌখ্রগে হায়ত্তুনা হেক কায়নগে তৌরত্তুনা মাই মাই মায়ইগ্রে তম্মরকপা তাঙ্গাসিদা রাজেনসু খর লৈথরপ তৌহৌই, সোবিতা খর লৈথরপ তৌহৌবা তাঙ্গা থোক্রবদনা। অতুগা মরমলেন থোঙ্গাল মাইরম ওনথ্রবী থায়নগী লৈরাং অমনবী সোবিতাগী খুবোম থুরাইদ্রা রাজেনগী লিচৈ অকোনবীত্তুনা তক থেংই থংপ্রেক থংগুম লাকুম তৌরকই অতুগা হন্না য়েংথোরকই সোবিতা—অতুগা রাজেন্না —থক ওনশিল্লগা হায়রকই নহাকপু কমদৌরিবগে—রাজেন, মমাং- ঙৈগী থায়নগী রাজেন ওইরম্বত্তুদা খোইরুম মোমোন নোকফেৎ তৌগে তৌনা খুইরবা উনশাগী মায়থোংদা ঙানথোরকই নহা ওইরিঙৈগী রাথল কয়া অমা মমা ঙৈগী রাজেনগা শম্বল রাংম রাংমগী রাপল মরক্কী অশংবা লম্পাক্কী মচিগী রারী, নোং চুবদা ছাতিন তুপমিন্নবগী, মমাম্নবী ময়ামপা হৈ অমেৎপা চামিন্নবগী, ইনে লাংলেনতোম্বীগীদা শিংজু চামিন্নবিবগী মথং মথং অতুঙৈ হৌখ্রবা পুন্সিগী রারী শরুক কয়া কয়া—খুদক্তা থক অমুক ওকশিল্লি তাশিল্লি—নঙবু লৈহৌর- গেরনে, মিংচি ফং খঙচিল্লি। অতুদগীদি রাজেনগী মতৌদা লুকথ্রগা সোবিতা য়োইরুন মোমোন্নখিয়ে। ...... ...... ...ইবুংঙো

য়াইমতু ময়ুম থোঙ্গাল ম্লৌরক্লত্তুনা মম্বামদা থুরুম্মকই—জয় জয় হরে হরে কৃষ্ণ ননাই লৈজহৌরগে হায়রত্তুনা কাম্বননবা ম্বাথং নিজরকই।

# ওক্তোবর অমদা লৈচীন মচেৎ অমা

পুন্সিদা হৈনিংবা ইফাও ফাওদ্রে। থবক্তি তৌরে পৈশা ফংলে। নুঙাইবা ম্বারে। অদুবু পুন্সিসিনা অসুক ম্বাম্বা তম্বরিবসি করিগীনো? ঙসিসু ঙসি, হয়েংসু হয়েং, ঙরাংসু ঙরাং, অদুমক মফম মরাং খঙদনা লেনথি।

ওক্তোবর তাং ১ শগোলশেল নুমিৎ ইং ১৯৮৭ নুমিদাংৱাইরম পুং মঙা, মীনা পুমযুল ফুন্নম্লে ঐখোয়গী লম্বী লৈরক অত্তগা লম্পাক লমহাং শুমাং। অনি-নি, অহুম-হুম কোইশন কোইশন্দুনা ৱারী তৌনরম্লে। খল্লি কৈনোমদি শোয়দনা তৌরম্লগনি। হংনিংবা ফাওই কৈদৌরজাংনো? মীরক ফনা ম্বাম্বা থাই-থাইত্তুনা লাক্লে হংদে কৈদৌরবজাংনো? মথক্তা হায়জখ্রবত্তুনি হৈনিংদে। অশা ফাওদ্রে। অশিবনা হিংলে। য়ুম চংলমদাই মতমত্তুদা মহৌশ্না মহৌশা শাম্নবা ফগৎলকখিবা নুপামচা মী-লাই কিদবা ঙাংনিংবা থকনিংবা অপনবা লৈতবা নুপামচাত্তুদা ঐম্না হংলে—ইদুংঙো কৈদৌরে মী পুল্লিসদি।

ভু আদা শিরিশে মৌ নহানি মাগী মুপানা হাভোকপনি। থাংনা মবুক্তা থিল্লিবনি।

—করিগী ?

য়াম্না ফাওই হায়, ভৌওম্বীনি হায়, য়াম্না নহানি চহি কুন্নিথোই। মশক মভোকাস্থু ফজে হায়।

নোংমা ফাওবা কৌনদবা মুমিং খুদিংগীদি থেংনবা হনুবী অহুনা হায়,—

ভোম্বা থওইদনা সোরাইসমগীদো,
মকোই থরা থাকপা হন্দক্তা য়ামাহা আর একস হস্ত্রেদ লৈখ্রবা বাজারদা পান দুকান ফম্বা অহুগী মুপীনি শিরিশে।

মশক মভৌ ফজে, মী ভৌই, ইংই তপ্পা, মুপী অমা ওইবগী গুণ চপ চানা চেল্লমগদ্রা থল্লি। পান দুকান্দা মী তিল্লি। মুপা নহা কয়া পান দুকান্দা পুল্লি। চুরুপ লৈ, ক্বা লৈ। য়াম্না ফৈ। কারবার চাওখৎচরহুনা হন্দক্তস্থু জীপ লৈখ্রে হায়।

অতিয়াদা থরাম্মিচাকশিং তরু-তরুনা থোক্লি। অসুম্না অসুম মমশিল্লকপগা থরাম্মিচাক্কী মশিং হেনগৎলকই সংবা হেনগৎলকই। তশেংনমক অতিয়াদা লৈচিন থাংবা উদে। অমুক্তং কোইনা লৈহুনা খেংবদা উবা কংলে ফুত অনি অহুমলোমগী লৈচিন অঙৌবা মচেৎ অমা মোইরাং লাইজিদা মুৎওম শাওমদনা অরংবা থরাম্মিচাক থরবুদি থনজিন্দুনা থম্লিবা মসিগী অর্থ লৈরমগনি।

দুর্গাপূজা মনুংদি । নুপাসিনা নুমিদাংদা কুম্মৈ য়েংলি চহি অনি শুরবা মচানুপা অমস্থ পম্লি । কুম্মৈদু রাবন্না সিতা ফাখিবগী মতাংদি । ওহাক য়ে লবা তুংদা মচানুপাদু তুমথরক্লম্মী । কুম্মৈদি তৌরি অঙাংদি তুমলি । তুমলিবা অঙাংদু শুমলুগে খল্লদুনা নুপাশিনা ময়ুমদা লাকই । নুমিদাংগী পুং ৮ লোম তারম্লগনি । পান দুকান্দা লেকই । পান দুকান য়ুমগুম্না লৈ । মহাক্লা থোং খিল্লি । হাংদোক্কে । কয়ারক কৌই । হাংদোক্কে । চিংনরকই কৈদৌরবজাৎনো থোং শে! লোনব্রা লোনদে । মনুংদা মহাক্কী ( মহাক্কী নুপী ) লৈত্রবজাৎলা । মথ, মথং খল্লকই কৈদৌরজাৎনো ।

হাংদোকমল্লবদা থোংদু মমৈথংদদি অঙম্বা শক্তি তৌদুনা কাওখাইরে । নমদুনা হাংদোক্লে । কোয়থি থিররকই নহা কন্যা অঙকপগী মশক্তি মৌ নহা পাখং নহা অমগা মফি মরোল অমত্তা য়াওদবমথৈ মৌ নহাগী কাংথল মনুংদা কোন্নদুনা লৈরম্লে । পাখং নহাদুগা নুপাসিগা ফনা কম্না লাক্লে নমনৈ ফুনৈ অদুবু পাখং নহাদু মানা ওম্নবা শক্তি পুথোক্কুনা নাম্বোক্কুনা চেনখ্রে । অসুম্না রারি তৌনৈ ।

দায়রেক্তরনদি হায়, লাক্লিবা ওক্তোবর অসিদা চংকদৌবনি । হেক থুয়োননা ফংবা ঈ-পার্টি অদুগীদমক ঐভোন্দস্থ থুয়োনবা থবক অমদোনা পুক্লিং তুহা তহাবা অমা ফাওই । ঐবু হয়েং হেক্তা চৎলসিরা ? অদুবু থম্ন নৈনরবা তুংদা ওক্তোবর অং অহুমদা চৎপা হায়বসিনা পুক্লিং থরদি ইংথরে, ভপথরে ।

A1479

গান্ধী জয়ন্তি হুমিংনি ইরাই হুমিংনি। হুমিং ফৈ। গান্ধীজিগী মপোক কুমওন পালন্দা অরু-অহেনন তান্নবগী থৌরম পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা পাংথোক্লৈ। অদুনা ঐখোয়গী ক্লব অসিগীসু লু-হেনবা তান্নবা অতেক তাকাই শেমজিনবা, অমোংপা শেংদোকপা অসিনচিংবা থবক পাংথোক্লি। ঐগী পুন্সিদা গান্ধীগী মিংদা সমাজ সেবা য়াওবা মসিনা অহানবনি। ক্লবকী মেম্বর খুদিংনা লুপা তরা তরা থায়নৈ। চাক চানবগীদমক্তা হুপীমচা মথৈনা ইস্তাং শেমই। হুপামচা মথৈনা শীঙ থাইবা য়াও, লৈবাক থোনবা, লম্বী শেমজিনবা য়াও অসিনচিংবা কয়া তৌরি।

হন্দক মরক অসি পুক্লিংদা অনৌবা ইহৌ অমা লাক্লি মতম কুইনা চনৈনহুনা লৈরবা পুন্সি অসিদা। মসিবু করম্বা অনৌবা ইহৌনো হায়বা ঐ ইশা ইথন্তা মিপাইজবা অমা পোক্লি। উথিবদি উখ্রে, অহুবু হকচিল্লুদে। থংই ঐনা মসিথক্তং ফজে, রাশী লৈ, মগুন লৈ। চনৈনরবা পুন্সিহুনা থওইদনা লাক-খিবনি। মতম কয় হৌথি চনৈনরবসিদা মাগী কজবা, শক্লা মগুন্না ঐবু শুক্কৎনবা অহুক কন্না চিংশিনখিদে। জগা লৈতে। ঙসিদি অনৌবা ঈচেল অনগী ইরম মচা তরু-তরুবা ইরম মচা অমনা অনৈবা ইচেল অচৌবদা তিংগ্রদবগী হোৎনরিবসিবু করিগীনো? মরমদি লৈরমগনি, অদুবু মরমহু করিনো হায়বদি হায়ফম তৌফম থংদবা মওং অমদা লৈখি। মতম শুরহুনা ইচেল মচা অদুনা তিনজনবগী ভাঙ্গা পিররক্না?-

য়েংনিংবা উনিংবা অমদি অতুম মরৈখি। য়েংননবা উননবা অতুমদি হোৎনরুস্রে। কন্নিগী হোৎনরুদ্রিবা মতুম্ ঐ খংদে। মরম লৈরম্নগনি। করিনো মরমতু, মতু ফোংদোকপা ঙমদে। মহাক মমান্নবী কম্নাগা থক লোইনস্রে। অম্নাম্বা মতমদা অঙাং মচা অমগা হেকন্ মলোইনৈ। মহাক খংলম্মোই। মতমতু মহাক খঙলম্মোই। অয়ুক অঙনবদা কোচিং চৎলিবনি হায়তুনা য়াম্না চাং নাইনা চৎকল্লি চাং নাইনা মাগা থেংননবা হোৎনৈ, থেংনৈ।

নোংমদি উননবা, য়ারী শাননবা তাঞ্জা পিয়ে; য়ারী শানরে, হরাও মোমোন অমনা অমগী য়া লিথোক্লরে, নুংঙাইবা ফাওরে। আশা কম্নানা থল্লে।

নোংমা চিঠি অমা ফংখি চিঠিতুদা মহাক্না হায়খি মতিক চাবা ঙাইসি, মতিক চাদ্রিফাওবা উনবা লেপখিসি অসিনচিংবা।

অসুম্না চনৈনবা পুন্সি অসি কুইরকখ্রে লেল্লকখিবা ঙসি হসিম্ অতুনি।

মতম লেপফম খংদবা, তৌফম খংদনা মঙং অমা লৈরিবনি, নুমিত্তু ফিরোল শেংচিল্লগা অসুম উরি য়াওরি চৎপদা উননিংবা ইমান্নবা অমা উনগে খনবনি অতুবু উনদ্রে। জয়ার শানগনগ্রবা মরূপ অমা ওইনা থেংনরে। মাগা অসুম লেপলিঙৈদা মহাক (Lover) লাল্লম্মী লম্বী অসোমদা অঙাং মচা অমগা। মরম তুনা হংই অঙাং-তুদা, মেমে কদায় চৎলুইনো, অঙাংতু য়াদি খুমদনা ইকাইবোই কন্নিবোই কেথ নৌথখ্রে। মতমতু মামা খুমলকপা "য়াইথোম লৈকাইদা চৎলুবা" তাঞ্জাতু ঐনা হায়রপতং মঙোন্দা য়েংখি, অতুবু

মাপ্সু হায়রপতং লৈশিল্লক্লগা কৌরকখি থাজদনা য়েংখি, ঐঙোন্দা "ওঝা" ঐ থুমখিবরা? মা মমাই হায়রপ ঙাংই, ঐসু হায়ফম থংদনা মাইথোং লাংশিনখিবরা? মা চংখ্রে। ইমান্নবা অত্থুনা হায়রকই অঙাং অসিনা নঙোন্দা Attraction অমা পীরি, jealous অমা থম্লি। অয়ু ক্তসু মহাক লাকই, কনাদা চংলুবনো মত্থু খঙদে। অত্থুবু মত্থুদসু ঐ-না হংখি "ক্লাস তৌত্রবরা" মানা "ইকোনোমিক্স লৈ" অত্থুননি।

হন্দক মরক সোবিতাসি ঐঙোন্দা ইয়াং লৈ। ঐ নাপী কল্লি, করিগুম্বদা খোমদোকই। গান্ধী জয়ন্তীগী মিংদা থবক থরদি তৌজবা ফংজরে।

ময়াম চাক চানখ্রে। ঐসু চারি। সোবিতা ঈশিং য়েল্লি। অরাং-অপা য়েল্লি। লাইগী থৌজান ঈশ্বরগী থৌজান হায়বত্থুরা চাক তোক্লত্থুনা ময়াম থোক্লথ্রবা মতমদা ক্লবগী কাদা মহাক (সোবিতা) মথন্তা চঙুম ইগুম শেংদোক্লুনা কৈরম্মী। ঐসু মহাক লৈ খংত্থুনা চংশিল্লুবদি নত্তে। মিকুপমা মহাক ঐহাক মিংচানৈ, থুদক্তা মায় ঙাংনখি। হায়নিংবা রা কয়া লৈরমগনি। ঐগীসু লৈখি। অত্থুবু লৈচিন্না নুংশা মঙান্দা তাকখিবগুম সেক্রেটরিত্থুনা ফোতো নমসি হায়ত্থুনা খংকৌ কৌরকপত্থুদা মঙলান্দু কায়খি।

ওক্তোবর তাং অষ্টম থাংজ:—

অয়ুক্তো ফনা ঙল্লি বাজিনা হৌদোরকত্থু পুং মরিদমক তারি। থরদি ইংবা হৌরে। অত্থুবু মত্থু পুন্নমক তোকথোক্লগা চীন য়া শেংলগা ফি-রোল শেংচিনবা হৌরে। ইনাওসুপা অতোনবত্থু ঐবু থিনদোকপা য়াওনবগীদমক্তা থোরাং লোইরম্মে। এয়ার বেগ মচা অমগা যোরহাৎ যাত্রাগীদমক।

বস থাফমদনি। মী লাক্লরমত্রিং। ঙাইরে। অসুম ঙাইরে। হায়নখিবা মতমগা হায়রুরবদি ঐনা তোংগদবা বস হৌজিক ফাওবা লাকত্রি। থেঙলে। চিংনরে পাথৎলে শোয়রগত্রা। শাওনিংবা হৌরে। কৰিগুম্বদা মেনেজরদা ফজদবা থোল থানিংবা ফাওরক্লে।

ফনা কুইনা লাংতক্লনা ঙাইরবা তুংদা পুং তরেংকী অহুরাইদা ২স লাক্লে। অরাবদি লাইবক ফত্তবা হায়বহুনি। বস তরেং পুল্লপ থুংলরিবদো বি এস এফকী জরানশিং, তোংহুনা ফুল রিজার্বতা লাক্লে। ঐ হেন্না পাথৎলে। টিকেট কক্লা-কক্লা তোংবা ফংল-রোইত্রা। ঐগী সিত অমত্তং শিন্দোক্লবা হোৎনবদা বি এস এফকী জরানশিংনা মমিৎ ঈ কাবমথৈ শাওনবা য়াওরে। মেনেজরগা জরানশিংগা অসুম্না লাওনরকথি।—সিভিলিয়ান নহি হোগা, দিয়ার ইজ নো সিট ফোর সিভিল পেসেঞ্জরস। ফনা মেৎনরবা মতুংদা মেনেজরনা ঐগীদমক মফম চাবা ফমফম অমা শিনবিরে। ফমফমগী অরাবা কোক্লে। ঐ অমুক ফিরক্লে। বি এস এফ-শিংহুনা ঐবু লম্মথাংদা হাংতোকপীরমগত্রা। নত্রগা ঐ চৎলগুম-সিম্না। টিকেট হল্লো হায়রসিন্না। চত্রে থুয়োনবা মতমসিদা ঐগী মাংজবা, চৎলে অশাওবনা নমহৎলবা সিফাইশিংগী মরক্তা ফম্ব ; ফরে অহুগী অহু মঙাইরে। চৎপদা তারে। ঐবু থিন্দোক-পিরকপা ইনাওহুপা কায়নবগী য়াথং পিরম্লে। অহুগা অত্তোপ্পা বস ফংদবগী মওং লৈবনিনা মরূপ মপাংশিংনা হায়বা সিফাই মরক্তা চৎলুনু হায়বা রাফমহুমু নাকোইনরগা লাক্লে। থংননা ফম্মিন্নরিবা সিফাইহুনা হায়রকই—

—Are you Manipuri ?
—yes
—Where will you go ?
—Jorhat
—For what
—Training
—Are you an Employee ?
—Yes
—Which Department
—Khadi & Village Industries
—Very good
—Your's name
—Shyam
—When did you join Service Since ?
—1986.

মখোয় লোয়নমক নন-মণিপুরিনি।

ইবানিগী ৱারী-ৱাত্তাইহুদা। মখোয় অযাম্বা মমিং খানা-খানা ৱেংই ; ঐ থল্লি ; ঐবু লম্বথাংদা লোইশিনবিরম্লগদ্রা ? হংবা য়াবা ৱাহং কয়ামুক হংলকখি। ইচিন ইনাও কয়া শুই, পাবুংনা কৈদৌই ; ইমানা কৈদৌই ; লুহোংলব্রা। অমদি করম করম পাল্লি। ঐসু খুম্বা য়াবা লোইনমক খুমখি। মীওইবগী মত্তৌ মচং, করম্বা মথৌলগী মীনো হায়বসি খরমথৈদি লেপথোক্লে মখাক ফম খরা চাওবা মীনি। মেজর নত্রগা কেপ্তেনগুম্বা অমনি হায়বসি খংলকখি। ঐগী ৱারীদদি অহানবদা ঐনা হৌদোকখি ঐনা পাম্লিবসি ঐগী

ইম্মাল নত্তে। মাম্নু হায় নংসু চুমই। কনাসু লান্দে। কম্নিসু য়ানিংঙাই লৈতে। চিংনমিংঙাই লৈতে। বদ মেনেজরগী অশোয়বনি। হৌজিক্কি কনাসু শাওনিংঙাই লৈত্রে। পুক্নিংদা অকিবা লৈরম্বা কোকত্রে। শান্তি লৈনা য়াম্না শানয়ে ঐসু হংনিংবা বাহ্ক কয়ামুক হংখি। মরুপকী মতৌদা য়াম্না হৈরাওনা য়াহংগী পাউথুমশিং পিরকখি। ঐ হুৎঙাইরে। থংলে মখোয় দুর্গা পুজাগী ছুটি লৌরদুনা থা অমরোমগীদমক মযুম মযুম থোক্করকপনি। মযুম মযুমদা মমা মপা, মচে, মচল মনাওশিং মরি মতাশিং উনরুগনি থনবদা হৈরাওরবা মীওইশিংনি। বসনা হেক লেম্লগা মখোয় ময়াম মরিমরি থোক্তুনা মী লৈ থংদে লৈতে থংদে ঈশিং হেক্তা থাই। অদুগা খুংলৈ থুনা কাথংনরকই। অসুম লাকপনা মাও য়োবদগি গাড়ী হেক লেম্লগা কুমথরকই চাক চানরুনবগী, অদুবু থুদক্তা লেপথোকই মখোয় মশেল, দিমাপুরদা ওইনা চারসি। অসুম লাকপনা কোহিমা লাম্থোকলক্লে। কোহিমাদা ওহাক্তং গাড়ী লেম্লদুদা অমনা হেক কুমথে। হোটেল মপা ওইরুবদুদা চা হেক্তা কৌই। চা থকখি। মদু উবদগী অতৈদুসু শং-শং কুমথখি। চা কৌনখি। তশেংবমক্তি চাব থকপগী থকসি ডিমাপুরদা তৌরসি লেপনখিবনি। অদুবু খৌরাংবা হেনমবদগী চা থক্লম্রে। হোটেল মেনেজর আজান্মী হুপীনি। মচানুপী অনি অদুসু হোটেলগী অচা-অথক শিল-লাংবদা থবাই য়াওই। মতোদুদা ওইরবা য়াই মখোয় লোয়নমক কুমথখ্রিবদু। ইহাং হাংনা তরক তরক্কা মী অম'নিদং চা থক্লবদু হৌজিক্কি মখোয় ময়াম্না কুনশ্রে কমকম লৈখিদ্রে। মশক মতৌ কজরবী

লৈশাবীশিং অতুনা চা লাম্হোক লানশিন কোইচেন চেনবতু অঙকপা ওইখ্রে। থংহৌদনা লাকপা নোংলৈ মুংশিং ওইখ্রে। গ্লাস চামই। অতুগা থুদক্ত: চা হৈ থুদক্তা মৈ-শিং য়াংই ; ময়ামতুগী শিল লাংবদা মুপী অহুমতু থংহৌদনা মমৈ মকোক থংদবগুম তৌখ্রে। অমরোমদা মুংঙাইবা অমরোমদনা য়াবা। চা ময়ামগী পৈশা মফম অমা থংনা ফংজবা, নাকল অমরোমদা অঙেনবা মিকুপ খরদা চা ময়াম অমা কংখিনবা শিনবা। অসুম্না তৌরিবৈদা পানা অমুক তপথৎলকই। মখোয় ক্না চাথৎনরকই। মমৈথংদা হরাও-হরাও হুমাং কাংনা চেননোম নোম্লীবী খর হেন্না ফজবী লৈশাবীতুনা কায়না য়াথংগী তনৌ-তনৌরিবী মথুৎনা হাইরকই মখোয় ময়ামদা মোমোন মোমোন তৌরতুনা। ময়ামতু হরাওমনখিতুনা বাই-বাই হায়রম্লগা থুবাক থুবা য়াও, ছইশেল খোংবা য়াও পুম্নাং লাংই।

খর চৎলগা মেদজিফেমা ঘাসপানি। হেন্দোরকপা মতুং নিচু-গেত্তি য়ৌত্রিবৈ নোং তাবা হৌরক্লে। অরাবনি গাড়ীতু নোং য়ুবা হৌরক্লে। গাড়ী থোরি। নোং য়ুরি। য়ুঙাং থক্লি। থুবাক থুরি। হরাও মথোই কারি। ঐগী ফিরোল পুমচোৎ চোৎলি। খোইদৌ শাওনিংলি। খল্লকই গাড়ী তোংবদা নোং চোৎলবা, পৈশা পিরগা তোংবা গাড়ীনা নোং য়ুরবা গাড়ী ওইরম্লবা ! শাওনিংবনা লোইরে। উচিন নাচিন্না মথোয়গী মরক্তগী অমনা অহোবা মেনখ্রে। নোং য়ুবা ফখ্রে।

ডিমাপুর য়ৌরে। মখোয় চাক চাবা চৎনখ্রে। ঐস্তু অতুনি। যোরহাট য়ৌবা গাড়ী অমমুক থিরে। অসুম্না থিরিবৈদা

মহৌশা ইস্কালগী ডি, এম, কলেজদা তম্মিন্নখিবা গোপালনা কৌরকই। ঐ ঙকই মহাক্না ঐবু কবম্না কৌরকখিবা। মহাক ইন্দ.সুজুকি (মোটোর স্কুতর) তোংই, মনিংদা ত্রাইবেল সুপী অমা পুই।

—কদায় চত্তোইনো ?

—যোরহাট

—কমদৌরিগে ?

—ডিমাপুরদা ওঝা ওইনা লৈবা চহি ৫ রোম শুজিল্লকদৌরে।

—ঐখোয় সোমদি (ঐনা সুপী অহুদা ওনশিল্লগা) মহাক (সুপীদু) ইকাইখিগদৌবা মতৌহ উরদনা থক খুদক্তা লৈশিন্দুনা শমজিল্লকই (গোপালনা)

—ঐগী সুপীনি।

মহাক (সুপীদু) নোকখিবগুম্ব তৌই, ঐসু চিংনখি গোপাল-সিবু য়ুম পাল্লবা হায়বদুরা,...... ফরে ত্রেনিং মতম লোইরগা থোক্লকপদা ডিমাপুরদা ঐখোয়গীদা চংলকউ। মফমদু খঙলেদনা লম্বী অসোমদা লৈরে। রারী রাতাই তৌখিসি হায়ববু হৌজিক্তি মতম লৈত্রে।

—ফরে।

সুমিদাংগী পুং নিপালদা ডিমাপুর থাদোক্লে। থাবল ফরবা অহিংদা চা বাগান্না তুম্বক-তুম্বক তাদুনা লৈরি। লাইরবা থাংপোক-শংগী মহুংদা ঙাল্লিবা মুশি মুশিবা থাউমৈ মঙালনা থাবল মঙালদা

ইকাইবগুম তৌরি। লবুক লমহাং ফাওতুনা লাক্লি। জোরহাট য়ৌত্রিফাওবদি তুমলোই থনবনি। অতুবু বস কন্দক্তর অতুনা ঐবু হৌদোরকপদা ঐ ঙাইহাক্তি তুমথরুরে থংলে। ফুক হৌগংলি। খাওঁময়োমতু পাইরগা কুমথৈ। অতুগা পাড়ীতু থুনমক ডিক্রগরগী-দমক থৌখ্রে ঐবু থাদরম্লগা।

থুদক্তা রিক্সোয়ালা ময়াম অমা ঐগী মাংদা কোইশিল্লরে। বাবু কহা, বাবু কহা জায়েগা। ঙহাক য়েংনরবা তুংদা ঐ রিক্সো তোংবা তারে। ঐনা হায় (G. T. Lodge) জি, টী, লোজ। রিক্সো ড্রাইভরতু কদরগী শক চংবা মীনি। ঐ চিংনখি—কদর কদর শান্নরকদৌরে। হায়বগা ভৌবগা তামো জয়না হায়বতু চুয়ে। রিক্সো তোংলুম্বু রিক্সো ড্রাইভরনা ভারা হেন্না লৌবিরনি। আসাম ষ্টেতত্রান্সপোর্টতগী য়াম্না লাপত্রবনি। ইলেকত্রিক পোষ্ট অনিদং চংলগা লৈরবনি। হায়বগা তৌবগা রিক্সো ড্রাইভরতুনা চুম্না জি, টি, লোজ চত্তুনা লমাফৈনন। জোরহাট কলেজদকা লৈবা লম্বী মচাতুদা গোলায় থক লৈশিল্লগা রিক্সো কয়া থৌবা তৌরকই। সুমিদাংগী পুং তরানিথোই চপ চানা তারে। থাবল কৈ অতুবু হায়রিবা লম্বীসি মৈ লাক্লমদে। ইচিক চিকই। কনামক্তুম্বু চত্তে। ঐথোয় অনিদনি। ঐ পাথংপা হৌরে। থোল নিক্লা হায়—ভায়া কহ কিমান দুর আসে—লাপত্রে য়ৌরনি আসামি লোন্দা থুনলকপনি) ঐদি জ্ঞান তাবা নত্তে। অর্থ থংবা নত্তে। পংথোদা থোই। গোলায় কোনা পংথেকতা থেকই। মিহুমা য়াংনা হুন

পংলকই। কিবা হেনগংলকই। অসুম চিকশিল্লকই। মী অমত্তা উদে। জিব অমত্তা উদে। ঐখোয়নিদনি। অমুকসু হ:ই—ভায়া কহা, কিমান দুর আসে। মহুদসু মানা থোকপা পংথুমদা থুমই। ঐয়া লোল-দি থংদবনিনা অতৈ রাহৈ অমা হায়বসু হৈতে। ফিরকপসি অসুম হেক্তিল্লকই। মমৈথংদা ঐসি হাত্তোকপিরম্লগা পোং-চৈ মুল্লগা চংথিগদোবা তৌ-ভম্বা রিক্সো ড্রাইভর মানশিল্লক্লে। কবোকত্তনা পুমকুপ কুপ্পবা পুথ্রি অচৌবা মহুগী নাকন্দনা তরক-তরক তারিবা খাঃপোকশং উরুরগা ঐ পোংথাফম খংলকত্রে। কোলংস লম্বী ওইদ্রবা. মুং কাংক্রিক থাবা রিক্সো থৌজিনবদা খরা পিকপা লম্বী অমদা অসুম অসুম থৌজিল্লী। মমৈথংদা খোংলম মচা লম্বীদু থংলম্মী। খোংলম মচাগী ঈশিংনা থাবল মঙালদা ইয়ং লংনা ঐবু হেন্না কিহল্লকই। মত্তাংদুদা ভায়াদুনা হায়—বাবু যহা রাষ্টা নহী হায় (লম্বী লৈত্রে অসিনি) মথুং থিল্লদুনা হায় আদগীসি বাবুনা হায়বা মফমদুনি (তিন্না কুপ্পা যুম মচা অমথক লৈবদুদা) ভংমো জয়না হায়বদি জি.টি, লোজ রাম্মা চাওবা হোটেলনি। বস মফমদগী ইরাপ লাপ্তুনা খোংনা চংলগা উবা ফ.গনি জি, টি, লোজ হায়না থাবা যাম্না চাওবা ময়েক্লা থাবা মথোল ভংরংকী বিলদিং। অদুবু ভায়াদুগী তৌথোরকপদুগা রাহৈদুগা কিরন্দগা পুমফ ফংখ্রে মহুগী মহুত্তা থংশাও শাওনিংলক্লে। ঐনা হায়—চংলো হান্নগী মফমদুদা অসিদি নত্তে ঐনা কয়ারক হায়খ্রে মফম খংদ্রবদি চৈ চাগনি, লম্বী ওন্নরে অসিনচিংবা অদুবু অনম কনবা ভায়াদুনা ঐঙোন্দ থত্রক শান্নরকখিবনি করিগুম্বদা থুং থোক্লরবসু

অতুগী অতু মঙাইরে হায়তুনা চৈবা হৌরে খোল অরাংবা অহৌবা থাতুনা হায় মথা খরাব, অভি কহ্ৰা জায়েগা অসিনচিংবা। মতাংতু রিক্সা ড্রাইভরতু হুমাংনা পুমলুপ লুপলে। ঐদি মীনৌনি। ভায়াসিনা চৎলিবসি কদায়দনো খংদে। হান্নগী মফমতু ওইবরা ওইদবরা হেক খংবদা রাই। উচিন নাচিল্লা মোটোর সাইকল তোংবা ভদ্রলোক অমা থেংনরে। কৌতুনা খামনবা হোৎনৈ কিমানে তাশন্নদবমথৈ অতুম পৌখ্রে। অনিশুবদা অমা থেংনৈ খংদে হায়রে। অহুমশুবদা অমা থেংনৈ ট্রাফিক পুলিসনি। তাকপীরক্লে। হায়বগুম্বা য়াম্না নক্না নৈরমলে। চৌকিদার কৌথোক্লে। হায়নবগী মতুং-ইন্না ঐনা মরম পুম্বা লিরে। মতাংতুদা ভয়াতুনা ভারা হায়রকই লুপা অমা পী য়াদে চৌকিদারতুগী মমাংদসু চৈরে গথা, খংদি খংদনা কয়াম য়াম্না চৎলুরবনো। লৌ লুপাসি লৌ। হুমাং তৈথোক তৈথোক্লা হায় য়াদে বাবু। কয়া লৌগে হায়নো, লুপা তরা (দশ তকা) য়াম্মল্লি মরি পিগে। মথোয়গী লম্বীনি। অতুবু মঙাদি লৌখ্রে। পুং ১২-৩০ তারে। চৌকিদারতুনা নৈফম কা শিল্লে। কাগী শো জোনশিল্লগা চৎখ্রে। ঐগী ফিরোল য়াওরকপতু থরা পুথোক্লগা তুম্নবা শেম শারে।

ওক্তোবর ৪ নোংমাইজিং:—

থোংদা কাক-কাক থিল্লি। হাংদোকল্লবদা খানচানা বাবু চা হায়তুনা পুশিল্লক্লগা অমুক চৎখ্রে।

চা থক্লে, চিন য়া শেংদোক্লে। চরা রানবা (Brack fast) চৎলে। চরা রানফম কা (dining hall) দা চৎলে। কলর ঠি ভি

অমা লৈরম্মী। মতুদা রামেশ কৃষ্ণনগা রালিমাস্মুরগা দেবিজ কপ শাম্নরম্মী ( Ramesh Krishnan—India and wally Masur-Australia )। ত্রেনিংগী মী ইরাক লাকনম্নমগ্রি। অমখক্তি ধেমাজি ( Dhemaji ) দগীনি হায়দনা মতক কৌবা অমদি ঐগা চরা রানবদা পুল্লরে। মানা টি ভি যেংবা লোইরকান্দা হাম্নখি। Ramesh Krishnan leads India into the Davis Cup final with a fluent 8-6, 6-4 straight sets win, Ramesh had taken India into the final with a 3-2 triumph for only the third line ever য়াম্না থাজদবা মওংদা রামেশ কৃষ্ণননা দেবিজ কপ থোইখি। ১৯৮৯ গী (Grand Slam) গ্রান্দ শ্লামদা রামেশ কৃষ্ণননা (wilander) ৱিলান্দর থোইবগী পাউস্নু থেংনখ্রে।

ওক্তোবর মঙা (৫) নিংথৌকাবা:—

ত্রেনিং হৌরে মী তরামরি লাকই। অহানবগী ক্লাস হৌদ্রিবৈদা ঐনা ওঝাতুদা হায়—হুমিদাংদা য়োরহাটতা থুংবা হায়বসি সমস্যা মচা অমদি হেক হেক মায়োক্নগদৌমাল্লি। থৌদোক থোকখিবগী সমস্যাগী বাম্না লিগ্রর।

—Jorhat is not a big City like Bombay. No problem will be here to find our centre. যোরহাট অচৌবা সহর নত্তে॥ সমস্যা লৈক্কম থোক্কে॥ অতুবু মীনৌদদি সমস্যা থোকপা য়াই করিগুম্বকান্দা। ছৌখিবদস্নু যোরহাটতা লাংকুগা শিবসাগর তাম্না চত্তুনা লম্মাংনরুই, হেন্দোক্না চৎলুহুনা

অরাবা ওইখি হায়রবগী রাগীস্থু লৈ অসিনচিংবা কয়া পনখি ওঝাহূনা ॥

ওক্তোবর তরা (১০) থাংজ :—

ধেমাজিগী মতক ইংলিস ওন´স ফংংলকখি হায়, মা সাহিত্য পামজৈ ॥ মামা শৈরেং কয়া ফোঙগ্রে ॥ ফোঙলি, ফোঙখিগনি ॥ অইবা ওইনস্থু থেংনগ্রে ॥ অফোঙবা অমস্থু থেংনরে। যোরহাটতা চৎপা মতমদা থেংনখিবা মরুপ Shri Rudra Singh Matak, S.B.I. Dhemaji Branch কী অইবা কয়া পাগ্রে। মতমহূদা মহাক্কা মহাক্কী কাদা চিক্লা রাখল তৌরহূনা ইবা থেংনখি ॥ মহূ ইখং খংহৌদনা থাজদবা মিকুপ অমদা থেংনররে। শৈরেংগী মিংনা In this world of Men. (Issue—No—!8—January March 1988—Sunrise) Days passed on, one after another, So on seasons, one after another;
But blossomed not a flower.
In our Hope's grey garden.
With smiling plants of April Queen
The sky, too, remained dark and pale.
Not as Atumn Serene ; the air.
Dead and heavy as desert barren...........
Thou curse me thousand times.
O-bold light !
I fear to open my eyes.
Lest unhuman scenes of thousand villages and hundred towns.
My soft heart with schocking pain pierce.
The hungry sons of kind Jesus tremble.

To see their souls in the beggar› bag, the innocent millions cry.
But nobody hears.
When their hearts bleed.with Satan's spears !
Not a Single bird or an animal born.
As my men in this world forlorn !!
killme, killme ye Gods in Heaven or let me line ;
kill mydevil brethren.

ব্রাফম তসি নোংমা আসামগী উৎসবগী ব্রারীদা Sir Blake তা ব্রাব্রী অমা ॥

Bihu ( বিহু ) গী মরমদা ভৌনরকপদগীনি ॥ ঐনা ( থেংনখি )
The Bohag. Bihu……… …অসুম্বা অহৌবদা পল্লি………
Sote goiye goiye Bahage palehi phulie belilate
koiye thako mane orake napare
Bahagar Bihure katha ………… it's Bahag now, the month of Sot is almost over.

Flowers are blooming every where. How can I stop talking one I start talking about Bahag Bihu ? …… ‥অসিনি শম্নপ্পা মঙং come the month of Bahag, in the middle of April every year, every Assamese's heart is a flutter. There is song and dance in the air. Joy and rejoice reign,s……
মতক ঐথোয় অনি জোরহাট বজারদা হুমিদাংব্রাইরম কোইথোকপা

হেক হেক চৎখিদ্রে ॥ লাইথিক য়েনকম হৌকান্দা তোঙনা চংগনি ॥ অহুগা খোঙাজিন লৈ, থাগী চেফোং লৈ ॥ খবর লৈ ॥ মানা লৈরকপা চেফোংশিংদা মানা হাপখিবা শৈরেংশিং অহু ঐঙোন্দা উৎলি ॥ পুম্নমক আসামি লোন্দা ঙাক্তনি ॥ ঐঙোন্দা পাহল্লি ॥ মানা অর্থ হল্লি ॥ মাগী শব্দশা শৈরেংগী অর্থনি অমুমা ওইবা য়াই—লাইরবশিংনা খবক শুরগা অসুম নংথরক্লিবসি করিগীনো ? ইনাক খুনবা মহাজনগী পুকৈদা লৈরিবা লন, থুমশিং লাইরবশিংগী হকচাংদগী থোকখিবা হুমাং মমলনি॥ লাইরবনা অসুক য়াম্না শোন্থরিবসি করিগীনো ? মখোয়গী দাবী লৈরমগনি ॥ মখোয়গী দাবী থৌনাগা লোয়ননা তানগদবনি—হুমাং তানা শুরিবা লাইরবশিং করিগীনো মখোয়না অসুম অসুম অরাৎপনা ননশিনবিরিবা দাবিশিংদমক খুৎ থাঙংকদবনি ॥ অসিনচিংবা কয়ানি ॥ মানা হায় লুখ্রা ওইহৌরবী নুপীশিংবু করিগীনো সমাজ অসিনা অসুক তোন্থনা তাথি তাওইনা য়েংলিবা হল্লক্রবী নুপীবু উবদা অমঙ্গলনি হায়রিবা করিগীনো সমাজ অসিদা নুপীগী মফম কয়াদা হন্থনা থম্লিবা ॥ করিগীনো হৌজিকফাওবা জাতিগী চৎনবী লৈরিবা ॥ মশানা য়ানা শিরিবা মপুরোইবগী তুংইনখিবা হায়বসিদি য়াফম অমনি । মশানা য়ানিংদহুনা নম হাতুনা সতি ওইহনবহুদি সেপ্তেম্বর তাং মরিদা থোকখিবা রূপ কানরার (Roop kanwar) চহি ( ১৮ ) তরানিপালতা ঙাইরিবী রূপ কানরারগী থৌদোক্তা ঙসিদি রাজাস্থান্দা অচৌবা য়াথোক ওইরে । ভারত্তা

অচৌবা লুরবা সমস্যা ওইরে। অসুম্না মুপীগী থাক্কী মরমদা ৱারী কয়ামুক তৌই।

মতক ঐগা যোরহাট লাইব্রেরিদা চৎলি · লাইব্রেরি মথোল অনিগী বিলদিংনি। মনিপুরগী লাইব্রেরিগা চাংদম্নরুরবদি ওস্থোক্না খেন্নগ্রে। করিগুম্বদা লাইরিক পাই, খবর পাই।

নোংমা মতক ইবানিনা লম্মীদা অসুম চৎপদা কবি শঙ্কর দেবগী মপোক কুমওন পালনগীনি হায়দুনা পাংথোকপা লিলা হায়গদ্রা ড্রামা হায়গদ্রা অমথক য়েংলম্মী। মুমিৎতু মরিনি চনবা হুমিৎনি হায় কুমওন পালনগী লিলা শান্নফম মৎক্তু দম্নুরনা কুপ্পী। চংফম থোকফম অনি লৈ। চংফম থোকফমগা মাস্নোক্লনা লৈ। ভারত পাক-চাউরবা উপ-মহাদেশ অমনি। অসিগুম্বা উপ-মহাদেশ মহাভারত নত্রগা রামায়নগী ৱারীনি। সংস্কৃতিগী মচাক ওইহল্লি। থিয়েটরগী মশক অমা অহুম শাগোম্নহুনা লাকই। সংস্কৃত ড্রামাগী সুত্রধার, ফাগি জুগাই কয়াগী মওং য়াওরি। রামায়নঅমসুং মহাভারত অসি ভারতকী মপাল নাইত্রবা লনগৈনি। ভারতকী থৱায়নি অমসুং পুন্সিনি। ভারতকী কোচিন কোয়া য়ৌনা লম লমগী সংস্কৃতিগী মচু শঙহুনা মহাকাব্য অনি অসিনা ভারতকী অপুনবা সংস্কৃতি অমা শন্দোক্লি। আসামগী যোরহাততা কবি শঙ্করদেবগী নিংশিং কুমওন পালনদা সংস্কৃত ড্রামাগী মওং মানবা য়াম্না য়াওরি। শান্নরিবা লিলাসু শ্রীকৃষ্ণ অমসুং রুকমীনি অনিগী য়াম্না মনুং থুপ্না নুংশিনবগী মতাং অমা উৎলি। লিলাসিদা সুত্রধারী য়াওই। রুকমীনীনা মানা নিংজরিবা শ্রীকৃষ্ণগী মপাও

কংরদা কম্মাদা হরাওবা, ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু কৈদৌঙৈ উবা ফংজগদগে হায়বা মতাংকাদু য়েংবদা ওস্থোকা, ফজগ্রে। রুকমীনি শারিবী শুণীমচাদু যাম্মা অঙাংনি। ওস্থোক্লা থরায় য়াওনা ফজনা শায়ম্রে। অরাবা মতাং, শুভাইবা মতাং ওস্থোক্লা পকচগ্রে। লিলা পানবা হায়বদু থোকই। শ্রীকৃষ্ণ শারিবা মীদুস্মু নহানি। অয়েংবশিং মীং পেম্মথি।

কুম্মৈদু হৌরমদাই মী কম্মা তিনখংলকপা মতাংদুদা হায়ফেং অহল ওইববা চৈশু পায়দবদা মঙাইরবা অদুনা অহল কাংবু খর মাংদা অথোইবা ভাবক ওইদুনা ফম্লিবা পরেং মরক অদুদা ফমকম থিরকই ফমকম লৈতবদি নত্তে, অহল অদুনা ফমনিংলিবা জগাদু মী চিনখিবগী ব্রানি, অদুদগী অহলদুনা জগাদুদা ফমননবা হায়জে ফমলিবা মীওইশিংদুনা যাদে। অদুবু মমায় কনবা অহল ওহরমলে। মানা ঙমনবা ঙাংবনে শকপনে, হায়জবনে, নোকপু নোকশনবনে তৌদুনা ইন্দ্রজাল কাপশন্দুনা হেক ফম্বকা ঙম'থবদু খাইদগী অহল ওইরবা অদুনা মমীং মুম্মা অমুক্তং য়েংলকই অহলদুদা। মদুস্মু কুম্মৈগী শরুক অমা ওইথি।

লীলাগী ব্রারী অযাম্বা লোক সাহিত্য লাইভিনগী ব্রারী রামায়ন অমসুং মহাভারত্তা যুমফম ওইরগা শাম্নবা ঙাক্তনি। ফিজেং লৈতেং কষ্ট্যুম শিজিন্নে। মেক অপ অমসুং ফিজেৎনা পাত্রশিংগী তোথায় তোথায়বা থৌদাং ল.চং অমসুং থবক তাকই। মণিপুরগী রাশলীলাদা শ্রীমতি রাধিকানা পোৎলোই অশংবা শেংপঙুম রুকমিনিস্মু অদুগুমই। করেক্তবশিংনা চঙথোক চঙশিন

ভৌবদা মকম মতম থায়দোকই। থোক্লক্লগা চংখিবনা অমদা, চংক্ষম থোকক্ষম মরি লৈ। চৌক্রিস্থ অয়েকপা লৈতেং শিজিন্নে। মসিনা সিংহাসন্নি মসিনা সিংহাসন নত্তবগীনি হায়বসি অহুম তাকথোকচবা ভম্বা চৌক্রি অমদি লৈতেংশিংনি।

নোং কুইনা তাখিবনা ডম্বুর (ত্রিপাল) মথক্তা ভুংহুনা লৈব। নোংগী ঈশিংনা মবুক চোম্না লৈবহু লেঙলুবা তাঙ্গা থোকখিহুনা ভাবোক স্থপী থরদি পুগচোং চোংখি।

ঐগী কাদা লৈরিঙৈদা অচিকপা ওইরবদা ঐঙোন্দা "ওঝা" হায়না কৌখিবা সোবিতাগী রাখলহুনস্থ মতম কয়া অমা লেনখি। থরাইলাকপী উচেক্লা থোংবা তারগা য়ুমদা লৈহৌরিবা অশোনবা বাজিহুবু কনদোরমগদগে মথল মথলগী রাখলনা অহিং তুমখিদবস্থ য়াওখি।

ওক্তোবর তরামাথোই (১১) নোংমাইজিং :—

নোংমাইজিংনিনা ক্লাসস্থ লৈতবনিনা মতক, চৌধুরি আর ইস্লাম অমস্থং ঐ শিবসাগর চংসি ঙাংনরে। অয়ুক পুং তরুক্তা আসাম ষ্টেত ত্রান্সপোর্ট যোরহাটতগী ঐথোয় মরিগী টিকেত মতক্লা ককই। শিবসাগরদা পুং তরামাথোই (১১) তাদ্রিঙৈদা থুংলে। শিবসাগরদা মতকী মরুপ অমা থেংনরে। মরুপ্তুগীময়ুমদা হান্না চংলগা আসামগী ইতিহাসতা ফাওখিবা ইতিহাসকী ওইবা থাইনগী অরিবা ফুরাশিং য়েংবা হায়হুনা লেপ্পরবা ভুংদা মরুপ্তুনা অতোপ্পা বস অমমুক থিহুনা লমজিংলে।

মরুপ্তুনা ঐখোয় মরি মাগী ময়ুমদা ঙহাক পোথাখিসি হায়হুনা পুশিনবিরবা তুংদা মাগী কাদা ঐখোয় ফম্লে। ঙহাক য়ারী তৌরবা তুংদা মাগী মচনুপী লাক্লগা হায়রে নমস্কার ময়াম ওকই। ঐখোয় মশেল শক তাক্লরকই মথং মথং। সুপীমচাসি মী ঙৌই। রাশী অদুক হাক্লা য়াওদে। কেরিবা খোংলিবা লৈতেংদুনা সুপীমচাদু ফজবী সুপীমচা ওইনা উহল্লে। লমচত্তু য়াম্না চম্বা মী খোনবা মওংদুমদি উংলে। মণিপুরী মচাদি ঐখক্তনি। অতৈদি আসামী ঙাক্তনি। অদুনা মখোয়গী মরোলদা য়ারী শানৈ। ঐহাক্লা উতুপকুম লোম্থোক্তবা অদুগুমখি। মরক মরক্তা ইংলিসনা অম'নি পন্নখিবদুনা লোইরে। আসামী লোন্দা চেংপাকসি 'চিরা' হায়। চেংপাক চুহিগা তোংলগা চারকই। ইমুংদু চেংপাক য়াম্না লৈ। ময়াই ওইনা সুংঙাইবা ইমুংনি হায়বসি তাক্লি। অসুম্না চাবা লোইরবা তুংদা তামুল (কা) চারগা থোক্লক্লে। তামুল য়াম্না চম্বা কানি তামুল সংস্কৃতিগা কোম্নরবা কানি।

অসুম্না তৌরবা তুংদা মরুপ্তুগী মনাও মরোল থোক্তবা অমা ঐখোয়বু গারেঁঘর (গরগাওঁ) য়েংনবা লমজিংলে। শিবসাগরদগী বস ভারা লুপা অনি চংলগা গারেঁঘর লৈ। গারেঁঘর মমাংদৈ খৃষ্ট মতুংইন্না ১৭৫১ গী মতমদা লৈরম্বা নিংথৌ গদাপানিনচিংবগী লৈরম্বা কোম্মুংনি হায়। কুইনা লৈরবা মল্লবা ওইবনা অতেক অকায় থরদি লৈরে। মথোল মঙাগী কোম্মুংদু কারগা খাইদগী মতোল থংবা অদুদা ঙহাক্তং ফমলকই। মদুদা কুইনা ফম্বা ঙমদে।

মরমদি কোন্নুংশি মতোললোম থংবা কানা অম্নম অম্নম পিক-শিল্লকই। অদুগা থুংনা পাইবম ওাবম লৈতে। করিগুম্বা ওনথ্রখ্রবদি হিংগদবা মান্দে। য়েক্লবনা লান্দারকপদা ওাকথোক্লবা মখুল মখুল হুংতুনা মাইকৈ মরিদা লানবনগী শক্তম ওইনম্নু লৈবগুম উই। মতুদা শারিবা চেক ইঙ্কি অমরোমদনক থাই। বিলাত্তিমাত্তিনা শাবা নত্তে হায়। মতোল য়েৌনা কারুরগা কুমথরকপদদি মতক হম্নুবী চৈম্নু মুবদোনা মা মাতুনা য়াম্না কিনা তপনা তপনা ওম্ন-লাকথখিগল্রা হায়বগী মওংদা কুমথরকপতু উবদা মরোল থোক্তবা ঐখোয়বু লমজিংলিবা নিপাতুদি রাম্নথৈ নোকত্রে। অতুদগী ঐখোয় কেম্না নোক্লক্লে মতৌতু উরগা।

আসামগী ইতিহাসভা মমিং লৈরবা সত্তি জয়মতিগী মফমতুদি ঈশিংনা থুমজিনথ্রে হায়তুনা য়েংলকত্রে। অতৈ অতৈ য়েংবা য়াবা থরদি লৈ হায়। অতুবু মতম ফংদবনা ঐখোয় নিংবা কাইনা হল্লকই তলাতল ঘরগী মতাংদা মরুপ অমথক্ল। তম্বদি য়েংলমদবনা ফৈ হায়। শুরুংগুম্বনি হায়। মতুদা চংখ্রবদি অথংবা মীনা লম-জিংত্রবদি থোকলকফম থংদে হায়। মুপা মুপী পুন্না য়েংমিন্নবগী খুদোংথিবা লৈ হায়। মরমদি মন্নুংগী লম্বীতু থংত্রগদি অমম্বা কাচিন মফম কয়া ডাকুশিংনা অয়েংবা লাকপা মীশিংবু তাঞ্জা চারবদি ম্না লুপা মুনবা মুপীগী ইজ্জৎ মাংহনবা, হাত্তোক্লগা অমম্বা মন্নুংদা লংথখি হায়বনচিংবা অতুগা অমুকম্নু চংখ্রগা থোকলকখিদবগী রারীনরিবা কয়া অমম্নু লৈরি হায়। তলাতল ঘর গারেঁঘরদগী

ইরাপ লাপ্তনা লৈ। হন্নক্পদা শিবসাগরদা লাইশং অহুমথক থেংনৈ। লাইশং অহুমসিশু ইতিহাসিক ওইরবা লাইশংনি। (জয়দোলগী ৱা অমসু তাৱ) শিব মন্দির লাইশংগী নাকন্দা নিংথেম পুখ্রি (মণিপুরগী) গুম্বা অচৌবা পুখ্রি অমা লৈ। মহু শিবসাগরনি হায়। মহুদা মতম অমদা হিয়াং তান্নরম্মী হায়। হিয়াং তান্নবদা হিরোয় ঈশিংদা লুপখিবদগী থিবা থংখিদেসু হায়। চহি চুপ্পা ঈশিং লৈ। হন্নবা লৈত্তে হেনগৎপা লৈতে। অসুম্না ৱারিনৈ। চহি কয়া চংনা তৌখিবা পুখ্রিনি হায়নৈ। শিবসাগরগী মন্দির (লাইশং) অহুমসি ৱাংই। হেক য়েংবদা মিংয়েংকম চিংশিন্না ৱাংই। লাইশংশিদা মী কয়াদা লাই থুরুম্বা লাক্লরি।

মতক মতম লেনবদা ঈশৈ শকই। শকখিবা ঈশৈশিংতুনা পুক্লিংদা মুংশিবা ফাওই।

অয়োইবা মুমিৎ হয়েংনি। ওসিদি ঐখোয় পুন্না সিনেমা য়েংমিন্নসি হায়রুনা পৈশা থম্না খায়জিন্নরগা কেসেত্ত অমা লৌদুনা মী থর থক্তুগী ওইনা সিনেমা য়েংলে। মুমিৎতু চৌধুরি য়ুণ্ডাং য়াম্না শকখিমাল্লে।

## ওক্তোবর তাং ৫ শগোলশেল ঃ

ঐ দিমাপুরদা থুংলে। হেক থুংবগা গোপালগী য়ুম থিরে। উচিল নাচিন্না ফংলে। গোপালগী মপা মৈতৈনি। হাও মুপী লৌবদগী দিমাপুরদা অতুম লৈগ্রবনি। গোপাল শিংজমৈ থোক-

চোম লৈকাইদগীনি। গোপালগী য়ুমদা চংলুবদা গোপাল লৈরমদে। মচলমুপী মশক মুংশিবীশিংহুনা লোন্দুনা পুথোরকপা অহাওবা চা-গকা থকুনা গোপাল হল্লকপা ঙাইরে। অদুবু গোপালগী পাবুংনা বারীগী মরক থেংনা হায়—ঐখোয় গোপালসি হন্দক মরকসি য়ুম শজিন্নি খংদবা অমা তৌরে। নোংঙানবগা হেক্তা থোকখি। গোকপু থোকশ্রবদি মুমিৎ নিনিস্থ য়ুমদা মরৈরম্মী। অসুম্না তৌরবা তুংদা গোপাল উনগদৌবা মওং মানশিল্লক-ত্রহুনা পুং অনিরোম ফমলগা থোরক্লে। গোপালখোয়গী মীওই অমগা লাকমিন্নহুনা থর খুদোংচাবা মফম থন্দুনা প্রিন্স হোটেল (Prince Hotel) দা লৈফম শিল্লে। অদুগা মীওইদুগা দিমাপুর বাজার ঙাইহাক কোইমিন্নরে। মতুদগী খংলে গোপাল মুপী থিদ্রি। য়ুম পান্দ্রি। মীওইদুগা কায়নরে। ঐ হোটেলদা পোথারগে থল্লহুনা চংলে। ঙহাক পোথারহুনা অমুক দিমাপুর বাজারদা ফি অমা লৈগে হায়দুবা থোরক্লে। অসুম্না লাকপনা খংহৌদনা গোপাল থেংনরে। মানদি উদে। ঐনদি উই। কৌই খোঞ্জেল রাংনা—গোপাল। মহৌশাগুম ঙসিসু মুপীদু পুরম্মি। রা খর ঙাংনরবা তুংদা মানা হায়—তোংখংলকও চৎমিন্নরসি ঐসু মাগী ইন্দ সুজুকী (Ind Suzuki) মোতোরদা ঐখোয় অহুম পুন্না তোংমিন্নরে। ঐগী পুন্সিদা অসুম্না মুপীগা তোংমিন্নব পংথিদ্রি। গোপালদি করিশু থন্দবদৌনা তৌই। য়াংনা-য়াংনা থৌই। করিগুম্বদা ব্রেক খংফা ফাই। ঐনা মুপীদুগী মখ্বাংদা কোনখি। অদুন্দু মুপীদুনা পোইদোকপা অশাওবা উৎখিদে। ফজরব, অরিংবা

হোটেল কয়াদা গোপালনা মুপীদু পুশন্নবা হোংনৈ। মুমিংতু দাউ ম্নাদবা হায়বদুনি হোটেল অমত্তা ফংদ্রে। শিন্দোক্লবা মফম মত্তমগী মথাপোন্না লোইনা লৈনরমলে। মমৈথংদা গোপালনা দিমাপুর বজারদগী কিলোমিটর তরামুক লাপ্পা মফমদা মী শুম্না চংনদবা লম্বী লমহাংদা গোপালনা মাগী চান্নবীগা মুংশি রা শাগায়নখ্রে। ঐনা ইন্দ মুজুকী গাড়ী মখোংদা থুং লোনশিন্নদুনা হকাম রা রা চনমথৈ মখোয়গী ন্নারী শাবা লোইবা ডাইরি। ঘড়ী য়েংলুবদা মুমিদাংন্নাইরমগী পুং তরুক তাশিল্লক্লে।

দিমাপুরদগী লাকপা থোঙচত্তা নিপা অনি'মদি অয়ুক্কী সেবা তোম্বনা ফংবগী ফিভম লাক্লে। অহানবদা পিকেমা য়ৌরমদাইদা হেক হায় ড্রাইভরদুদা "ইবুংঙো অমুক্তা লেপখো" শুকত্তোক্লকপা পিশুমগী মারথোংদা ড্রাইভরদু ভাব তাই। মবানিদং কুমথরগা নারক মোংশোংদা সেবা ফংজরুই। মিনিত মঙা'ম তরা'ম কোন্নব-সিদা শাওনবা ম্নাওই। মীওইবসি ঙাইঙমদবনি। অম্নুম্না থেংথাং অহুম মরিরক হায়, কোহিমা মনাক, খুজামা য়ৌরমদাই; মাও থম্না হেন্দোক্লকপা জগা, অহার খুদিংগী মখোয়গী মতৌদুদা বস তোং-লিবশিং নোকপস্সু ম্নাওখি, অদুগা ন্নাবিবস্সু ম্নাওখি। শাওনিংলম্বশিং নোক্কুনা লৈবস্সু ম্নাওখ্রে। হেম্না শাওবদগী রা ঙাংবা থোক্কবস্সু ম্নাওনখ্রে। করম্নদি করিব্রু তৌগনি। অদুবু মমৈথংদা কোয়রেঙ্গী (হৌজিক্কি Manipur Public School সু লৈরে) লমহাংদুদা ঐখোয়না তোংলিবা বসনা থামলম থামফাংত্রিঙৈদা ফং হেক চেনথখি। ইকোক কোকপা মরুম লৈতবা লমহাংদুদা সেবা কম্না

খোঙ্গ্রাও শিং শিখরগা, মিং-না চেজেং উইশিল্লগা মমাই লুকথরগা হোংনরিবা সেবাদু মখোয়গীদি মুংঙাইরবা অমনি। পোংলুম থাং-থদুনা অৱাবা কোকপা মিকুপ্পুমদি কনাস্ু উবা নত্তে। তোঙান তোঙানবা সংসার অমগী মুংঙাইরবা মংলান অমদা তাওখ্রবনি। সোমদদি লৈশাবী অমদি মৌ নহা অনিনা স্কুতর ভেসপা থৌবা তম্লি। সেবা তৌরিবা মহাশয়শিংগী মওংদু লৈশাবীদুনা হাম্না উখ্রবরা অদুদগী মৌ নহাদুদা ৱা খর অমুক হায়খ্রবরা অদুদৈ মমায় হেক লৈথোকখ্রগা করি তৌরিবনো মমি শেংনা উখিদ্রে। সোম বস মমুংদদি (ভাবোকশিং হায়বা তারে) হৌনা হৌনা নোকপস্ু য়াওরক্লে। শিথ-শিথ নোকপস্ু য়াওরক্লে নোকপগী লোইবা নাইখিদ্রে।

## ওক্তোবর কুনমঙা (২৫) নোংমাইজিং :

হুমিংদু নিঙোল চাক্কৌবা নোংঙানবনি। অয়ুক্কী পুং তৱেংলোম তারমলগদ্রা তোৱনা মাগী চহি অনি শুরবা মচাম্ুপীদু মোত্তোরদা হাপলগা লাকই। কন্যাগী মোংফমদা ওহাক ম্বেংলম্লগা খৌদেম্বা মখোলগা লোইয়ননা লোক শিংলগা মমায় লৈখি।



# ঈশৈগী শুর

মীওইবগী অপাম্বা অমদি হৈনবী কয়ামুক লৈ। ঐগী রাখলদা লমচৎপা, কোইবা অসি পাম্নজে। হুকচাং ফবগী ফিভম অমদি শেল অনি অসি চংই।

ইং ১৯৮৭ কী দিসেম্বর তাং ২ য়ুমশকৈশা নুমিৎনি। ঐখোয় মরিনি অঙনবা অয়ুক অহু য়ুম থাদোক্তুনা দিল্লিগীদমক লাকখিবা। লৈকাইগীদা লৈবা তাদা মনিরতনগী আউতো রিক্সা তোংহুনা ময়াম্না এম, এস, টি. খংনবা হৌজিক্কা এম এস আর তি সি হায়না খংনবা মফম অহু ফাওবা চংলে। মসিগী মথংদা ঐখোয়না তোংগদবা বস থিবা হৌরে। ইকুই কুইদনা খংবা ঙমলে। মিনিট তরারোমদমক ঙাইরম্না তুংদা বস অহু চৎপা হৌরে। কালিমাই মন্দিরগী খজিক্কুং হায়গৎলগা রোরা হুকান, মিন্তমশঙ্ক প্রোসেস এনগ্রেভ সককা লৈরা অহুরাইদা বস অহু থামহুনা লৈখোকখ্রে। বস ড্রাইভর য়াম্না থুনা বসতগী চোংথখি। অহুদগী লাওখি করি করিনো হুকানলোমদা। মুংথ্রংগকা পায়হুনা কোক-কোক শেমগৎলকই। মুংশিং য়াওখিবরা, কল্লবর, য়ারবরা, অসিনচিংবা ঙাংনরকই। লোয়গরা লোয়দ, লোয়গবরা লোয়দ পুং অম্না ফানিংচিং ঙায়নরক্লে। অপুম্না- ঙা-নরকপন্থ য়াওই—হান্না মুম্না চেক তৌ-খোৎতুনা অশোই অঙাম মেংহৌগে শায়দ্রহুনা করিনো হৌজিক তৌথৎলকইসিনা হায়হুনা শাওবসু য়াওই। উচিন নাচিম্না

লোইশিন্নবুনা চহি লৈশিন্নবা ড্রাইভরবুনা বিড়ী মচৈ অমত্তং চমক্চং-চরগা পান্ড়ী থোবা হৌরক্লে। পুং মরিয়োম থোগংলক্লবা গাড়ীদুনা কনাদস্ব অকাইবা শিরকখিল্লে। মতুদা তোংলিবা মী পুন্নক মাগী মাগী বাখল অমদি আশাদা পুক্লিং লুপনখিবনা কম অতুদা লাংবা নিনবা ব্রাত্রী শানবা তাখিল্লে। শুপনী ইক্লিন মখোলদুত্তংনি লাংলিবা। লম্বীগী নাক ক্লেত্তা চীংগী চীম্মাই নাপোম শাক্তনি। অভাংবা লৈ অমুগা অশংবা লমহাং মতুত্তা য়েংবদা অচিকপনা নাও-থেন্নবা হোৎনরিম্মানে। মতাংদুদা নন্দনা হায়রকই— 'কনাগীনো পৈশা তারে'— থোঞ্জেলদু তাবদা উইরি উইরি ভোরুরবা মশা চাওবী মথুন লেংবা ওমদবী মানবী মো মহাদুনা মখিৎ শিংলকই' ঐগীনি— অতুদগী চাম-চৎপী মপুন্দু থুনগৎলি। অতুগা মশা চাওবী হৌগৎলকই য়েংলকই কোইনা পোৎচৈ করি করি চিথ মামথদুনা তাখ্রবগে হায়দুনা। বস ড্রাইভরনা মতৌদুপা নোকমি নোকমি তৌরদুনা তুমশিল্লক্তুনা থকপা লোইগদোরবা বিড়ী মচৈ খায়া তেল্লবদুম'গা থুদোম্বীগা থুৎমাইগনা চপতুনা গাড়ী ষ্টার্ট্রিং লৈনা লৈনা হায়রকই—পৈশা হাপকম লৈত্রগা ঐ হান্নীগে, পৈশা হুন্দোক হুন্দোক শানবসিস্থ নুভাইবনি—ইনাওদুপা নন্দনা পৈশাশি উরকপা মিকুপ্তা হায়রমত্রবদি থংননা ফল্লিবা মল্লাং মকোই চোম্বা কুচু মুবা মশা পাবা মীওইদু করি খল্লমগনি ? তোংলিবা গাড়ীগী কোনা গোলায় তোইনা লৈথৎলকপদুদা মশা চাওবীদু শৎ লাওনা নান'রকই মথুন পুবা ওমল্লদুনা। অসুম তৌদুনা দিমাপুর রেল স্তেসন য়ৌরে। নন্দ মীভোন্দা হংবা কল্লি। মানা হংবা-খোৎপা

তৌবদগী দিমাপুর রেল স্তেসন্দা থাদরম্বনি নত্রবদি থাদরমদবসু য়াই। ড্রাইভরনা হায়—দিমাপুর এম এস তি ষ্টেসন্দগী রেল স্তেসন ফাওবা রিক্সো ভারা লুপা অনি থক্তগী লম্বীনি। অতুগা সুমিদাংগী পুং নিপানগী ত্তিনসুকিয়া ত্রেন চেনগদবনি অসিনচিংবা।

দিমাপুর রেল স্তেসন্দা কুমথরবা তুংদা হোতেল অমা থিরে। চাক চারে। চাক চারবা তুংদা রেল ষ্টেসন্দা চং চংহনা করম্বা মতমদা চৎপা, করম্বা মতমদা তুম্বা, করি করি চংবা অসিনচিংবা খংদোক্লবা তুংদা ঐখোই মীথুংশংগী মচি অমদা পোৎথানবা হোৎনরে। অসুম্না পোৎথানবা হোৎনরিঙৈদা মৈতৈ মচা অমসু চংশিল্লকুনা হংলরে।—"ইবুংঙো নখোয় কদায়দগীনো"—ইম্ফালদগীনি।

—ইম্ফাল কদায়দগী

—ইম্ফালগী শিংজমৈ মখা পেবিয়া পণ্ডিত লৈকাইদগীনি।

—তামোদি

—লৈশাংথেম লৈকাইদগীনি

—অহুদি থোইনা লাপনরমদ্রে

—কদায় চৎকদবা

—দিল্লি

—কৈদোবা

—চুম্না কোইবা হায়বত্তুনি

—কৈনে নখোয় সুপা পাখং ঙাক্তা মরিনি থোইনা কিরুনিংঙাই লৈতে।

—তাক্লোদি

—দিক্রুগত্তুহ

—কৈদৌবা ওইবিরবনো

—অঙাং অমা লায়েংলি রদ কেন্সরনি হায়, ইবুঙো মচু ওল্লিভৈদা য়েংহৌবগী ফবনি নত্রবদি কনবা ওমদত্নুা শিরমলগদবনি। নহান ইম্ফাল থোকউরগা অমুক ওসি দিক্রুগরহ লাকইসিনি। দিক্রুগর হদনা অঙাংত্তুগী মমাদমক লৈহৌই। শেলগী দরকার মীগী দরকার লৈবদগী তঙাইফদনা ঐনা চেম্বোক চেনশিন ভৌরিবসিনি। ফে ইবুংঙো দিল্লীদো চৎলুরে ঐসু মমাংগী চহিদা নচেৎশিং অমা নাবগীদা থা মঙা তরুক অনাবা অমা লায়েংবদা মিং চনবা ফংখিদে। অত্তুবু ওল ইণ্ডিয়া ইনষ্টিট্যুত অফ মেদিকেল সাইন্সকী ডাক্তরশিংগা তামত্নুা হয়া হয়া হায়জবদগী শিথাং থাংবমখৈ লৈজবদগী মথোয়না য়াবিখি। অনাবা লায়েংবা পৈশা চংদে। মিং চনবা রাই মতম চংই। অত্তুরাইদা ভারাদা লৈবদা পৈশা য়ামা চংই অত্তুগী রানি। দিল্লি সহর কোইনিংলবসু বসকী মশীং শিংতাক লৈবনি। হায়রিবা শিংতাক অত্তু থংলগা দিল্লি সহরগী অপাম্বা মফম মফমদা চৎপা য়ুঙাইবনি অসিনচিংবা তাকপিখি।

অসুম্বা দিমাপুর রেল ষ্টেসনত্তুদা য়ুমিদাংত্তু মতম লেন্দুনা ত্রেন ওাইবা হৌরক্লে। অয়াম্বা মীনা মাগী মাগী ফি, দরিনচিংবা থা থাত্নুা ডুম্বা হৌনরক্লে। প্লেটফোর্মদা পরেং নাইনা নাইনা মাগী মাগী কাংবু শেমত্নুা ডুয়রি। ইংগ্রবা লৈমায়ত্তুদা ফি য়াওদনা ডুম্বসু য়াওরি: করয়রু ডুম্নিবনো ইশিশিনা ডুম্নি। ঐথোয়গীদি

পুন্সিদা ত্রেন তোংবগী অহানবা খোংচৎ ওইবনিনা ভুম্বগী রাখল চংনরমদে। মমুংদগী মপান্দা, মপান্দগী মমুংদা ভাহৌ ভাহৌ চৎলি। ঐখোয়গী মতৌতুদা নাক্তা চংলক্লগা হায় কুলিহুনা— বহুত অচসা অরাম করো, পানচ রুপয়া দেও, আও—অহুবু ঐখোয়না য়াদে। মানদি ফনবা শিনবহু ঐখোয়নদি খংদযগী হৌনবা কিজরে। অসুম তৌরিভৈদা লৈশাংথেম লৈকাইদগী ভামোহু পুং নিপালগী অহুগ্রাইদা দিব্রুগরহ চংকদবা ত্রেন্দা চৎগ্রে। মহাক্না পাউতাক কয়ামুকস্তু পিবিরমই। অহুদগী করিগুম্বদা নমথিখ্রবা অমাং অশোইগী মনাক্তা মতিলও মনপও ওরো ওরো তাবমথৈ মফি মরোল শেপায়গ্রবহুমগা ভুম্বস্তু য়াওরি। মহৌশানা থেংনখিবা খংনখিবা অহল অমা খোরহাটতগী হল্লকপনি হায়দনা অমুক য়ারী তৌররে। পেনসিল ফংবগী চেহু সহি চানৈগা চানদেগা, চে অহু ব্রাৎলি, মথং থাদা ওইরনি, শোইররোই হোয় লুপা লৌশিং খবদি ফংলমি অসুম্বা অহল অহুনা লোইশিনবা হৈত্তবমথৈ য়ারী লিথরকই। য়ারী লিবমথৈ লিরম্লগা করম্না ভুমথ-খিবনো ইশিশিনা ভুমখ্রে। চা অমগী মমল লুপা হায়বসি থক্লগা মতুংদা খংলকই। চানা হাওত্রিবা তাংনা তাংলিবা ইস! ইস! নাকল অমদনা অমুক লাংখৎলক্লি কপথৎলক্লি ঐগী পুক্তরকপা পোৎচৈ মাংখ্রে। থা কয়া থবক শুরুরগা ফংজরকপা পৈশাস্তু পোৎ-চৈহুদা য়াওখ্রে। ভাওশিন্নবা কাংবুনা নমহাহুনা কিহন্দুনা মুনবিখিবনিস্তু হায়রি। ময়ুম্‌দা লৈহৌরিবা চাকথুং শেৎথুংদ্রবা মচাসিংগী মরি-মতাশিংগী য়ারী তৌহুনা হেম্না লাও খোংহুনা

কল্লকই। মহাক্কা কল্পা লাংবা উরগা তুমদুনা লৈরম্বা মীশিংনা মাবু তরক ফুরক মীমুংশিগা লোয়ননা য়েংহুনা লৈনখরে। থরনা ত্রেন লাকপা মখোল তাবদগী তুম্লবদগী ফুক ফুক হৌগত্তুনা চেন্নগা ত্রেন তোংনবা মাগী মাগী মকম থিনৈ হংনৈ। অহুগা ইকুই কুইদনা মফমহু থাদোক্তুনা ত্রেনহুনা চৎখি। অসুম্না পুংশিং কক্লা অমগী মথংদা অমা। ঐখোয়স্তু য়েংই লাকইবসি করম্বা ত্রেন্নো ঐখোয়গীয়া মীগীরা? ত্রেনদগী মীয়াম অমা কুমথরকই। মীয়াম অমা কাখৎখি খোই মহুমদা থ হৌদনা চৈনা থিল্লরগা খোইয়াম পাইথোরক্লগা ডাইহাকলৈরগা খোইয়াম্না খোই মহুমদা অমুক হঞ্জিনখিবগুমই পুন্নমক্তু ঐখোয়দি অনৌবা অঙকপা অমগা লোয়ননা য়েংলি। পোইন্দগী ১২ নি পানবা থাজগী মণ্ডালস্তু শিথখ্রে। পুং অহুম মিনিট তরা চৎলক্লে। মীয়াম অমনা খৌ-রাংনা ডাইরি তিনমুকিয়া মেল লাক্লবরা হায়হুনা। মতম থরা চোম্থরগা ত্রেনগী মৈডাল অমা উই হায়হুনাময়াম শেম শানৈ। অহুবু ত্রেংদূ পোৎ-চৈ পুবা ওইরমহুনা ময়াম নিংবা কায়নরে। হায়নৈ চাক চরা অমা চাদববুদি অহিং অমা তুমদবনা হুকচাং হেন্না শোকই। অহুনা ঐখোয়গী কাংবু ফিভম থরা শোক্লা উবা হৌনরে। পুং অহুমমথাম হেল্লে। নোংডাল্লমদাই অইংবা মুংশিং শিংচিল্লকই। অতিয়াদা থরাম্মিচাকশিং অয়াম্বা মণ্ডাল উৎপা লোয়নথ্রহুনা য়াহৌ থেংবা থরাম্মিচাক অমা অনি তরক-তরক থোক্লিবহু নত্তনা নোংপোক হারমদা কোরৌহনবগী মণ্ডাল মমি তমলক্লে। অরাবগীরা মুংঙাইবগীরা খৌরাংবা হেনগৎলকই

চমমনবা হেনগৎলকই। চিংনবনা থল্লকই ঐখোয়গী খোঙচৎসিব্র —।—? মতমসিদা দিল্লিরোমদগী লাকপা কাংবু মৈতৈ মচা থরা থুংলরে। সুপ্নগী মী তুম্বা হৈবা নিপা অমথক্কী সুপী মশক কজরবী নৈশাবী কম্না খুদক খুদক্কী লুহোংসি হায়বদা মমুং-মতম চপ চারবীশিং অদুনা জু জা লাংবা হৌরক্লে। মশক ফজরবী সুপীশিং অদু জিন খোংগ্রাউ লোইনা শেংলি। ফুরিৎকী ফিজোল ইন্নিবা ফিজোল অমত্তা মায়দে। তোঙান তোঙানবা মওংগী মথল অমদি মতৌ হৈনবী পামজবী ইরাং থাংবীশিং অদু উৎলি। মমুমদা লৈবদৌনা মচিন শে·ই চা থংকই। মখোয়দি মী কিদে। য়াম্না সুঙাইনা উই।

ঐখোয়গীনা লাংতক্লবা হেনগৎলকপা অসিনি। উচিন নাচিন্না ঐখোয়গী ত্রেন থুংলরে। থুংলবগা ঐখোয়না ইপা পাথৎনা কমফম জগা থিবা হৌরে। অমদা হংলুই মী ইহাং হাংলমই। অমদা চংলুই মচুস্থ চপ মায়ৈ। অমদা হংলুই ঐখোয়না কিগনবা পাংদবা অপংবা মীৎলম নায়ম থংদবা মতৌদু থংলদুনা থক্রেক শায়শিল্লকপা ইউনিফোর্ম শেৎপা মীস্থ হেক মক্লেংলুরি ওহাক্লুদা। ডবা অমদগী ডবা অমদা অমুক চং অমুক খোক অমুক চোংথ অমুক কাখৎ তৌরিডৈ ত্রেন তোংবা হৌরে। পাথৎপা হেনগৎলকপা হৌরে। কমফমদি কদায়নো থংত্রে। অমদা অমুক চংলুই পুলিসনা করেয়রকই "ইধর জগা নহি" অদুগা উশিত্তবা মচেৎ অমগা নোকথি। ফরে অদুগী অদু মঙাইরে হায়দুনা অরোইবা ওইনা দবা অমদা কাথৎলে। মীনা পুমফুন

ফুনবমথৈ লেরম্রে। কমকম কংগ্রে। লেপ্লগা মস্তেক অমা চৎলে। ত্রেন মঙ্গুং চংগ্রগা মীয়ামশিং উরগা হেন্না কিবা হৌরুকই কৈ-দৌরকদগে? নোক্না নোক্না য়েংশিল্লকপা য়াওই। ইতৌশিংহুননি। মথোয়না হিন্দিলোন ঙাংলকই। ঐখোয়না খংদবনিনা খুমদে। ঐখোয়গী ইতৌদগী মথোয়না মীনৌনি খংখিমাল্লে। ত্রেনগী মীহৎথোংদা খেংলুবদা পুমমম মমলঙ্গদু উরগা হেন্না কিবনা পোথাহল্লক্তে পুক্নিং য়াথলবু। নোংঙানগদৌরে খঙ্গুবদো নোং-ঙাল্লোইদৌরব্রা খনবা হৌরক্লে। মতাংদু য়াম্না নোংঙালহন্নিংবা মতাং অমা ওইরক্লে। চমোৎনবা মফি ইশে শেগায়বা অঙাং অমদি অইংবা ইংগ্রবা মতমসিদা হুঙাইনা খো-খো নাখোক্তুনা তুম্লি। লমদিং য়ৌরগা নোংঙাল্লে। পুং তরুক হেল্লে। তল থরা লৌরগা চারে। পোৎ পুন্নমক তাংই। হোংলিবসি ঈশিং মসিদং হায়বা তাই। মফম মরাং ইথং খংহোদনা গৌহাতি য়োরে।

গৌহাতি হেক য়ৌবগা চাক চাশি ঙাংনবনি। অদুবু মতমগী থোংচৎ কায়খিবনা চাক চানবগী মতম লৌগদবদু অকাইবা লৈরে। অদুনা গৌহাতি রেল ষ্টেসন্দা মনাক নকপা অমদগী তল থরা লৌরে। সবজি (য়েনঙ্থাং) থরা লৌরে। লুপা কুন্থ্রা লাম্হোক্তুনা পিরুববু লুপা নিফুমঙা লৌহোরে। অসুম্মা তৌরিঙৈ তাঞ্জাসিদা কুলি অমা চংলক্লগা কদায় চৎতোইনো হংলরে। ঐখোয়না হায়—দিল্লি। পোৎ-চৈ পুবগী মমল তিক্লরে। রেল ষ্টেসনগী ওফিসকী কা-কাশিংদা চং-চংদুনা ঐখোয়গী কমফম খংনবা থিরে। অদুবু খংবা ঙমগ্রে। পুংদি তাশিল্লকদৌরে। উপাই

খবর জর্নেলগী এডভরটাইজদা য়াওবী খ্বাইদগী মোদেল গার্ল ওইবা অমা কাত্তিনা চপথৎলগা মীৎমাংদা থাদরকপগুম মখোয়গী ফি-রোল পো-চৈ য়াওবা শউনগী থাউডুমগা লেংজুমদা য়ানশিল্লহুনা কুনথবা হৌনরক্লে। কোয়রাওনবী মীৎ অনিহুগী মীৎ নহা অনিহু উরু-রু লৈনা নাক য়েত্তা য়েংই। Eeybrow না শঙলবা শাংলবা পাগী পরেংশিংহু কুফেৎ কাফেৎ কুপখিবা কম্না উংলিবা Cycle Spoke তরাগুম্বা। কাংলপ তৌরবী লীপষ্টিক তৈরবী চীনবান অনিহু মানা য়া ঙাংলকপা মতমদা কোইথোরকখিবহু তশেংনমক হায়মোনিয়মগী রীদ মান্নি। হাই হীলনা কপ কপ লাওহল্লবা খোংথাং মখোলহুনা কন্দোক্লবা নীংহু হাইহুম্না চৎখিবহু তুংদা য়েংজহৌরসন্নু মতানি। তশেংনমক স্কার্ট অহুম্নু য়াম্না তাইত ওই ; খুদোলশিংনা কাপখিবা ভোলি বোলনা উরু-রু লৈবগুম তৌই ; উরুবদা হকচাংদা অনৌবা ঈ চেনবগুম তৌই। ঐখোয়সু কুমথবদা য়াওরে। ওভর ব্রিজ (থোং অরাংবী লম্বী মথক্তাশাবা) লান্দুনা চৎলে।

ষ্টেসনন্দুদগী থোক্লকপদা তেক্সি, আউতো রিক্সো-নচিংবা গাড়ী মখল কয়ানা পাক শন্না থাহুনা লৈরম্লে। মী খর মুবা মশা খর পারপ ভৌবা অমা ইনাক্তা চংশিল্লক্লগা হংলরে। বাবু কদায় চৎতোইনো ঐখোয় থিনবিরগে। য়ুগুফ শরাই চৎকদৌবনি। করে লুপা চামা পিরো চৎলসি—ঐ থল্লি য়াম্নলি খঙানহুনা লৈবহু উরগা হায়রকই—চৎসি লাকও লুপা তরা তারগে—অহুবু ঐখোয় অসুম খন্দুনা লৈ অহুগা অতৈ

অতৈ গাড়ী কাননবা মওংসু তৌদে য়াম্থে মাবরা—য়াদে—হুমফুদি—ফরে বস হুমফুতরাদো পিরে। য়ানিংত্রবসু ঐখোয় মরি আউতোহৃদা নমশিন্দুনা চৎলে। ভাংনবা শোনবা মীওমদবা মতৌদগী মখোয়না লুপা হুফুতরা লৌথিবনি। ওসাই মথৈ ভাংনরিবা মুপাহৃ দলালিনি হায়বসি মানা লুপা কুন লৌহৌরগা অতোপ্পা আউতোদা ঐখোয়বু থাম্নকপহৃদা থংলক্লে ফরে লৌজখ্রসমু। অহৃবু অমরোমদদি ফৈ আউতো ড্রাইভরহৃনা লৈননবা ভারা য়ুম, নত্রগা ভারা ফাওবা থিবিরম্মী।—

মুমিং ১৫ গী লুপা ৫৩০ (চামঙা কুম্থ্রা) মহাজন্দুনা মাংজোননা লৌখ্রে। কাকৈথেলদগীনি হায়রিবা অহলহৃনা হায়নবিহৃনা ভারা কাগী রাফমসি য়ানখিবনি। মাসু অনাবা লায়েংবা লাকপনি হায়হৃনা মখোয় মরি লৈরম্লে। নোংমদা লুপা ৩৫ পিবা কাহৃ চাওরে। তা-কুমলগা অঙাং অমগা তেরা লৌক্রাকপমদগীনি হায়দনা মখোয় অনিসু ঐখোয়গী শরুক য়ামিন্নরগা লৈসে হায়দনা লৈ। মানা লৈররিবনা মখোয়না হৌজিক লৈরিবা কাহৃ লৈবা মুত্তাইত্রে হায়। লুপা নিফুমঙা পিবা স্তোব, অহৃগা অতৈ অতৈ কোললিক লৈরে। চাক থোংলে, চারে, ইরুজথোক্লে। অহৃগা য়ুগুফ শরাইগী অরাং পাংনা চৎনবা শেম শারে।

অহানবদা সফদরজং হোসপিতাল লৈরিবহৃগী ওইরোমদা থোক্লগা রিং রোদকী লম্বীদা মনিং পাংনা চৎপা হৌরক্লে। করিগুম্বদসু লৈমুং ফাউহৃনা শেম্বা লম্বী লাম্থোকফম (Pedestrian)

থেংনরকই। মতু শাম্বোক্লগা চৎপন্সু য়াওই। অদুগা নিকোলি কাম্না প্রেস অদোমদা লাক্লগা অফ্রিকা এন্ডেম্যু অদোমদা লাক্লে। ঐখোয় খোংনম্না লাকই। ঐখোয় খোংনা পুন্না চৎলি। অফ্রিকা এন্ডেম্যু অদোমদা জেনিস ফিজদ লৈ। মহুদা অঙোবা কিখোল শেংশ্ন মশা নানরা নম্বরোলশিংনা তেনিস শাইর। চিংথুম মচা অমা শাংনা লৈবগুমন্সু তৌই য়েংবদা ইংই জুংথিলবী পুং মরি হেল্লক্লে। জবাহরলাল নেহরু বিশ্ববিদ্যালয় য়ৌগদবা থৌজলমক ডাদরে। অদুবু মমশিল্লকপগা অনোবা ওইরগা মমড্রিভেদা ঐখোয়গী লৈফমদা হনসি ভাংনরে। হল্লকপগী লম্বীদা, লম্বী চিদায়দা শুজল্লবা তাতা গাডী মওং থিনা লৈহৌই। কৈথেল মচা অমা কাওরগা ঐখোয় অদুম হল্লক্লে। যুগুফ শরাইগী লৈরক অমদা যেঙ্গাং-নাপী চেং-হুরাই থাও-থুম য়োল্লি। সুমিদাংবাই সন্ধ্যাগী মতমদা পোৎচৈ লৈবা হুডাইবা হোংবা মতমনি। মীনা চিক্লা চাইনবা ঙমদনা তিল্লি। পোৎ থুদিংমক কিলোদা ওল্লগা য়োল্লি। অয়াম্বনা সুপানা য়োনবগী থবক তৌই পোংকী মমল কোয়লাও লাওই। মত্ত হেল্লা শিংবগীদমক্নি। মতু চৎনবী অমা ওইনা তৌবগুমন্সু তৌই॥ চম্না চাবা চম্না লেনবা মওংগীদমক খরচ য়াম্না চাওদনা লেনবা ঙমখি।

অনিশুবা সুমিত্তা ইণ্ডিয়া গেট চৎনবা থম্নরে। চাক ঙন্না চাথোক্লে। অদুগা অয়ুক্কী পুং নিপাল নোংমাইজিং দিসেম্বর তাং ৬, ১৯৮৭ ইংনি। আরোবিন্দো থাবা লম্বীদা চুমড্রিং অরাং

পাংনা হায়গৎলে। অহুগা তুঘলক লম্বীদা লাক্লে। অহুগা বিজয় চোকতা থুংলে। উরকই সেন্ট্রেল সেক্রেটরিয়েটকী নোর্থ ব্লোক সাউথ ব্লোক। হুমিত্তু নোংমাইজিং ওইবনরা নক্লগা সেক্যুরিটি এরিয়া ওইবনরা পাকিপ্রবা লম্বীহুদা মী লৈবা উদে। নাকল মরিদা য়ুংহুনা লৈরিবা ময়ুর অমদি খুংশেমগী ঈশিং চাইবী অমদি অতৈ লৈতেং তৌববা কয়ানা পুক্লিংদা ইনৌ নৌবা আশা অহুগা য়েংনিংবা পোকহল্লি। পুক্লিংদা চাওথোকচৈ ঐথোয় ভারত মচানি খুংশেমগী পুখ্রিহুদা ইকাই ইকি থংদ্রবা অভাং থরদি কঁরি তৌরকদগে হায়বা অকিবা লৈতনা ঈরুজনবা হোৎনরি। অহুগা ঈরুজরি। অহুগা নাকল অমদনা কাকশিংনা হরাও মথোই কানা ঈরুজরি। রাস্ত্রপতি ভবন অমদি সনসদলোমদা চৎকদবস্ু ইকাইবা হঙ্গোইবা অমদগী ওহাক খঙ্গানরগা চত্রে। অসুম তৌরিঙৈদা ইণ্ডিয়া গেতলোমদগী শান্তিগী থবক্ মরি লৈনবা মীওই কয়া অভাং অহল খাক্লনা লমজেল চেনবা হৌ- বক্লে। দিল্লিগী লম্বী চথোক চৎশিনগী ভাক শেনবা পুলিসশিংনা হায়রিবা লমজেল চেল্লিবা মীওই কয়া লমজেল্লোয়শিংবু মাইকন- চিংবা শিজিন্নদনা ভাক শেনবা হৌরক্লে। মহু উরগা পুক্লিংদা থৌনা অমা পোকখি। ঐথোয় ভারত মচানি রাজপাথকী লম্বীগী অরাংথংবা মচি অমদা মোন মোন লাওবা নাপী মথক্তা কমথবা হৌরে। থোংনা লংশাং চৎপগী অরা পোথানবা হায়রহু ওইবে। অসুম্না লৈ-লৈহুনা য়েংবদা মচি অমদা পঞ্জাবীশিংনা মথোয়গী

মরোসদা ঈশৈ কয়ামুক শকুনা উৎসব অমা তৌরিবতু উরক্লে। ঐখোয় ভারত মচানি খল্লক্লে। ঙহাক কয়বা তুংদা রাজপাথকী মমাং পাংনা লাক্লম্মী। উরক্লে ইণ্ডিয়া গেত। হোয় মতু ইণ্ডিয়া গেতনি। ঐখোয়না উখি অয়েকপা লাইদা ইণ্ডিয়া গেত। মতুমক্লা ঐখোয়না য়াম্না থুনা লাকশিনা ঙমখি ইণ্ডিয়া গেত। অসুম অসুম চংশিল্লি। ইণ্ডিয়া গেত ময়েক শেংবা হেনগৎলকই। অতুদগীদি ইণ্ডিয়া গেত মখোঙদা চংশিল্লম্মী। মুংথিলগী পুং অহুমলোম তারম্মী। মীশিংনা মারুক্তি কার, এম্বাসেদর কারদা ফজবা ফি-রোল শেং-চারতুনা লাক্লরম্মী। চান-থক্লবা শেম-শারবা হক্লা কার অতুম্মু য়াম্না মশা নান্না অচা অথক য়োল্লম্মী। ফজরবী মুপীশিং অতুনা ফোতো নম্লম্মী। অতুগা শিন্ন-শিন্নতুনা ফজরবা মুপাশিংতুনা মখল মখলগী স্তাইল তৌরবা পোজ তৌরবা ফোতো কয়া ইণ্ডিয়া গেত মখোঙদা লৌরম্মী।

থাইদগী খোয়দাখিবদি নেগ্রো মুপাতুনা কারদগী কুমথরক্লে হায়তুনা খোঙ নামা থাদরগা কারতুগী খোঙ হাংদোকপা হৌরকপা নেগ্রো মুপী অনিতুনা থন্ন-নৈনতুনা ফোতো নম্নবগী মওং কেমেরাগী ফিভম শেম্মকপা মতাংতুনি হায়বা য়াই। নেগ্রোশিংতু মুই। মশম য়াম্না খোই। ভারতকী প্রধান মন্ত্রি রাজীব গান্ধীনা মিজোরামগী আইজল, চামহাই খোংচত্তা তেলেগ্রাফ ইংলিস পাউ চেদা য়াওখিবা কারগী থোংনা পাইরগা নম্বা কোতোবুম্মু নিংশিংহল্লি। মতমতু মিজোরামদা নৌনা ষ্টেটহুদ ফংবগী রাখলদা মুংঙাইবগী মওং অমনি। অতুবু মখোয়গী মচিন চাওবদো

মুজরবসু মশক থিজরবসু মখোয়বু য়েংনিংই। মখোয়বু উবদা নুংশিবা ফাওই। মরাল লৈত্রবা মরোল থোক্লিবা অঙাংবু উরগা মরম ইলৈ লৈতনা নুংশিবা ফাওরিবা অহুগুমই। Disco Fever নিংশিংলকই।

অহুমগুবা নুংশিত্তু অল ইণ্ডিয়া ইন্সটিটুাট অফ মেদিকেল সাইন্সতা চংসি থন্নরে। লায়েংশং (হোসপিতাল) অসিগী বিলদিং দলান মখোল মঙাগীনি। য়াম্না চাওই। মী য়াম্না ইন্নে হায়নবদগী ঐখোয় অঙনবা অয়ুক অনদা লাইয়েংশং অসিদা চংলে। মী অম'নি নত্তনা অনাবা লায়েংবা ইরাক লাক্লরমদ্রি। মতাংসিদা পঞ্জনিংলিবদি লায়রবা পৈশা পায়জদ্রবা মীওই কয়ানা লায়েংশং অসিগী অকোইবদা লম্বীগী চিদাইদা নুমিং কয়ানি চংনা অনাবা লায়েংনবগীদমক ঙায়নরি। ইংলবা অহিং ইংলবা নুংশিং কয়া মায়োক্লহনা য়ারেক্লরি। ফজরবা লায়েংশং মিংশেলতনা লৈতেং ওইরবা চাওরবা দলান কয়া অসি মসিনা মশক থিহনবগুম তৌরি। করিগুম্বদা ইংথ্রবা দম্বুরনা খল্লিবা য়ারেক্লিবশিং অহুগী মরক্তগী শিথ শিথনা লোক খুবা মখোলসু তাই। উন পুবা নুংশিংনা শিথ শিথ খুরিবা লোক তিন লৈনা লৈনা পুরকই। অহুগা আরোবিন্দো লম্বীদা তিনখ্রি অহুবু মহু পুম্নমক অরেম্বনি। ঐখোয় তিকেত লৌনবগীদমক কিয়ুদা পরেং লেংলে। পুং নিপাল তাবদা থোং হাংলে। অনাবা লায়েংবা লাক্লিবা মীয়াম মীগী সমুদ্রনি। মাগী মাগী হান্না য়েংনবমক্তা হোংনবমক্তনা কূক কূক ইন্নে। মহু সিনেমা অনৌবা হোংবা নুমিংকুমই। মথং মথং

তিকেত লৌ খোত্তুনা হংনরবা তুংদা মরিগুবা মথোলদা কাখৎনু হায়রক্লে ডাক্তর উনরে। ডাক্তরনা তাকপিরকপগী মতুং ইম্মা লেপ্লবা মুমিৎ অমদা অমুক লাক্লবা য়াথং তাওথরক্লে।

মথংদি রেলরে ষ্টেসন্দা চংশি হায়দনা থন্নরে। অসুম লাকপদা সফদরজং তোমব (সফদরজং ফুরা) য়েংশি হায়নরে নোংমাইজিং মুমিৎ ওইবগা স্কুলগী ওঝা অমদি ছাত্র ছাত্রিশিং পিকনিক ওইনা য়েংবা লাক্লরম্মী। মতু উবদগীনি ঐখোয়মু য়েংনবা তৌরকখ্রিবা ইংলিসমেন কয়া কম্বামু মখোয় মথোয়গী কার মাক্লতিদা লাক্লবমু য়াওই। ইংলিসমেন (সাহেব, কোড়া) উরকই হায়তুনা পুক্নি দা চাওথোকচবা অমথক ফই। হায়রিবা সফদরজং তোমব (ফুরা) অসি য়াম্মা পাম্লনা য়েংনবা অমদি নত্তে। ঐখোয়মু চংশিল্লে। ভাংলৈনবা চেক মচুগী মুংকুপশিংনা লম্বী চিংখ্রি। অসুম চংশিল্লগা ফুরাতু কাখংলে। চিথেক মরিদা শন্তি তাবগী মওংতু হেক উবগা নিংথৌরোন্দুগী ৱাখল মখোয়গী মফোংদোক উংলি। ফুরা অসিগী কা মথং মথং য়েংলকই। মমৈগংদা মথক্কী অহানবা কা অতুনা কারগা মতুগী অকোয়বশিং য়েংলকই। ফুরাতুগী খা থংবা নাকল অমদগী ঐখোয়না থুগ্রবা মমগ্রবা কা অমা ফংই মতু মী অমদগী হেন্না চংবা য়াদবা থুগ্রবা লমজং লম্বী ওইনা তৌই। মতু য়েংবদা অকিবা ফাওই।

ঐখোয় খরা কুমথবা হৌরে। অমম্বা লমজং অতু মা মাতুনা কুমথবা হৌরকই। কিবা হেনগৎলকই। খর কুমথরগা গুকংগুম্বা

মওং অমা ইমম মম্না ফংলে। শুরুংগুম্বা অতুগা অমুবা অমম্বা মুর্ত্তিশিং অতুনা হেন্না কিহল্লকই। অতুদগী এখোয় কুইনা লৈবা ভমলক্রে। নাপী হোবা অমগুং লৈশো ইনবা মানবা চেকশিন থওইবিত্রবা মওংদা লৈবতুনা হেন্না কিহল্লকই। অতুদগী এখোয় কাখৎলক্লে। অতুবু অতুমগুবা মথক্কী কা অতুদি কাহনব্রে। মল্লবা অকোইবা চেকপলগী মনাক্তা চত্তুনা তেক কাইরবা চেক্তুম চেসতেক থর থর তারিবা অদোমদা ঙাহো ঙাহো চৎলম্লগা অতুম থোরক্লে। অতুগা অরাং পাংনা থোঙনা চৎপা হোরক্লে। পৃথিবী-রাজ লম্বীদা লাক্লে। অতুগা ইণ্ডিয়া গেত ফাওতুনা লাক্লগা কস্তুরবা গান্ধী লম্বীদা লাক্লগা পালিকা বাজার উরক্লে। পালিকা বাজারগী পোং তাঙই। ঈজ্জৎতা পোং লৈনবা ঙাক্লি। লুপা ৩৫ পিবা মোজাফুরিং অমথক লৈ। অতুমঙায়, করিমম্তা লৈবা ঙমদে। অমরোমদ উরকই ব্লাংলবা হিলদিংগী মখাদা কার অমদি মারুতিন-চিংবা গাড়ী ময়াম অতুগা মীয়াম, The times of India গী ওফিস ময়াংদা বিজুলি লৈতেংনা ঙহাক লৈত্তনা পাউ মরোল লোল্লি Air ( Plane ) crash—32 died—An old wiwdo Murder in Delhi—অসিনচিংবা মচু মচুগী থাংমৈনা উহল্লকই। মথোল তরা ব্লাংবা বিলদিংশিংনা দিল্লি সহরদা কুক কুক ইন্ননা লৈ। অতুদগী চেমসফোর্ড লম্বীদা চৎলগা রেলরে স্তেসন্দা চৎসি ঙাংনবনি। পালিকা বাজারদগী চেমসফোর্ড লম্বী থিবা থংখিদ্রে। চেমসফোর্ড লম্বীনি হায়দনা চৎলুবতুনা পানচকুইন লম্বীদা তিংখত্তনা চৎলমলে। মতমদি থেংজিল্লক্লে। মুংহিলগী পুং অহুম

হেল্লক্লে। লম্মাংনরে হনসি কদায় হনগম্নসি কদায় চঙক্লরে। ফরে অতুগী অদু মঙাইরে হায়দনা মারকেত রোদ হায়দনা ঙায়োনফম তাবা লম্বী মচা মানবা অদোমদা ফাওজিন্দ্দুনা মমাং পাংনা চৎপা হৌরক্লে। মতুম্সু ফনা শাংনা চংলগা লম্বীদু শুক্লোই লোইয়ু য়ারক্রে। অদুদগীদি অমুক ঐখোয়গী লম্বী লাল্লমানেদা হায়দনা হল্লসিদো হায়দুনা মায় লৈবা হৌরক্লে। চংশিল্লুরগা হন্দোরকপদু য়োংলি মখোং অমনিমুক চৎলগা হোয়দা অদুগী অদু মঙাইরে হায়দুনা অমুক মায় লৈরগা হান্নগুম্ন মারকেত রোদ ফাওবা ঙম্নবা লাকপা হৌরে। শাওনবদি য়াওরে খংদি খংদনা শেরানগা তুরানগা ভাব মেন তাদে হায়দুনা অসুম অসুম চৎ, তিলহৌ য়োনবা, আলু য়োনবা, মোনপাক য়োনবা, পোনথা য়োনবা, ফি থান অরিবা য়োনবা অদুগুম্বা ঙাক উরক লম্বীসিবু চুমলিব্রা হেক মখল, চৎপগীদি পংচৎতা চৎলি। লেপ্তে লম্বীনা লোইদ্রিফাওবা। মমৈথংদদি রেলরে স্তেসনগী মওং উরক্লে। অদুবু বোম্বে ( Bombay ) মাদ্রাজ ( Madras ) অমদি থা ভারতকী ওইরম্লে। ফংদি ফ'ঙেন্নু নিংবা কাইরে। নোংপোক ভারতকী য়াওরমদ্রে।

হংলে কাউন্তর চংশিল্লগা ঐখোয়গী রেল স্তেসন কদায়দনো হায়দনা। অহুদৈ ওভরব্রিজ অমা লাপ্লগা কুলি রাই শিংপা অমদা অমুক হংলে। মখুং থিল্লগা তাক্লকই আদগীসিনি। অসুম তৌদনা মরী মখোং হংল-হংলগা চৎপশিনা মমৈথংদা ফংলে। চংলে মী য়াম্না তিল্লম্মী। গেততু হেক চংবগা ময়াং মচা অম'নিনা হংলকই কৈদৌদোনো, কদায়দনো,—ঐখোয়না থুমই—গৌহাতি চত্তোইনি তাং ১৭ কীনি। অহুদা ময়াং মচাহুনা মীনৌনি হায়বগী খুদোংচাবা লৌশিল্লকই। তাং ১৭ কী টিকেত ফংলরোই ফূল ওইখ্রে মখোয়দগী ওইনা লৌরো। মী অমমমদা লুপা কুন্থ্রা কুন্থাদং হেন্না হাপ্পিরো। নরাইবক ফরবনি। হৌজিক চংহুনা তিকেত লৌগে হোংনরবদি তিকেতসু ফংলোই। খর য়েংথোক য়েংশিল তৌনরগা তিকেতসি লৌখ্রো হেক মহায়-জল্লক্লে। 922—North East Express ত্রেন তিকেত ফূল ওইখ্রে হায়বদা মুংঙাইতবা ফাওই। অহুবু কাকা অমথক্লা তাকপিরকপগী মতুংইন্না য়ারিবমখৈ কালা বাজারদগী তিকেত, লৌগনু ব্লেককী তিকেত হায়বসি ফত্তবা মরম অমদি হেক হেক ওইগল্লি হায়। অহুনা ঐখোয় মুপা ঙাক্তা মরিনি। থোয়না ব্রাকুনিঙাই নৈতে হায়হুনা ওফিস মহুং চংহুনা বুকিংকাওন্তরদগী তিকেত

লৌননবা খন্নরে। ওফিস অসিগী থবক থুদিংমক কম্পুতরনা তৌরবগুম্লে। অহান অকোনগী থবক ফজনা পরীং নাইনা তৌরে।

চেফোং অমগী তাং ৪ | ৮ | ৮৫ দা অস্মুম্না য়াওরি। ...... অহাংবা ফম মেনশিন্দবগী মরমদি... ...... মী ৫০০০ লৈবা ওফিসকী থবক অতু ফম্পুতর মেছিনগী মপান্না মী ৫৯২ খক্তনা তৌবা য়াহল্লি, শুপ্নগী সেকেণ্ড অমদা কা ১৫ গী ময়েক থোক্লবা তিনশিনবা, থাই-দোকপা, পুরিবা, য়েন্নবা কম্পুতরনা তৌবা ঙম্মী; ভোলুম ৩০গী সোভিঅট ইনসাইক্লোপেদিআদা য়াওবা পুম্নমক অতু মৈথেৎ উপু মমায়মুক্তগী পাক-চাওবদা রেকোর্ড তৌশিনবা ঙম্মী।

ভারত সরকারনা কম্পুতরাইজেন পোলিসী পায়খৎপনা ঙসি ফাওবদা ১৯৮৪ গী জানুয়ারী ১দগী সেন্ত্রেল গভরমেন্টকী ওফিসশিংদা (পব্লিক ওফিসশিং য়াওনা) থেংখাং থেংখাং শাংদোক্তনা এপ্লোই-মেন্ট ফ্রিজ তৌরি। মসিগী পান্দমদি মতাং মতাংদা অম্নুম তপ্না তপ্না মেছিন্না মীগী মহুৎ শিনজিন্নবা হোৎনরকপনি। অহাংবা ফম কয়া হাপকদবমু দিলেইং টেকটিস তৌতুনা থম্লিবসিনি। অমুক্কা হেন্না অনএমপ্লোয়মেন্ট থোকহল্লগদবা মেকানায়জেসন। কম্প্যুট রাইজেসনগী মায়োক্তা লাউবা খোল্লাও য়াওব্রা অসিনি। কলি-কাটাগী রীজার্ভ বেঙ্ক ওফ ইণ্ডিয়াদা কম্প্যুটর মেছিন শীজিন্নগদবব্রু থীংতুনা লাক্লি।

মথুং মশা ম্নাম্না হৈশিংবা কোন্না কাংবু অমথক "লুডাইতস" হায়না মিং থোনবা সংস্থান অমা ইং ১৮১১—১৬ ফাওবা লৈরম্বা অদুনা অরাং থংবা অমসুং মিদসেন্দ ইংলণ্ডগী শরুক্তা থুন্দাদুনা লৈরিবা মীশিংগী পুন্সি হিংনবগী লম্বী মাংহনবীরে হায়বগী রাফম লৈনখি। মীগা মেছিনগা মরি লৈনদে হায়না খল্লবা ভারতকুম্বা লৈবাক্তদি "লুডাইতস" কুম্বা সংস্থান অসি পামদে। অদুনদি মেছিনগী খুং-শা হৈবগী থবক চাওথংলক্লিবমখৈ থবক ফংদবগী সমস্যা হেন্না হেনগংলকনি।

ভাগরাতি কমিতিগী রাহৈরোমদা থবক ফংদবগী অরাবা অমদি থবক মপুং ফানা ফংদ্রিবা অনিনা খ্বাইদগী চাওনা শিংনবা অমা ওসিদি ওইররে অদুগা ঐখোয় মৈগী চিংথক্তা ফম্লিবনি।

থবক ফংদবগী সমস্যা অসি লাইয়বা ইনাকখুনবা অনিগী থাক ম্নাম্না খেন্ননা লৈব লৈবাকশিংদা লৈন্নবনি। লৈবাক লৈথাক্কী সমস্যা অসিগী চাং খেন্ননা লৈন্নবসু মসি ওসিদি পৃথিবী অপুম্বগীনি হায়নরে। থবক ফংদবগী সমস্যা অসিগী রাথলদা কনাগুম্বা খরনদি মসিগী অরাবা অসি কোক্নবগী মরম থিদুনা লৈরি। অদুনা মরম খরনদি থবক ফংদবগী অরাবা কোক্নবা মতৌং লীরি অমদি কোকহল্লি মেছিনগী খুংশা হৈবগী থবক চাওথংপনা। সমস্যা অসি কোকহল্লি।

ৱাকম অমরোমদা লাইৱবা অমদি থবক কংদবা হায়বসি কারখানা লিংখৎনবগী ইহৌ অহু নাম্থোকখিবগী অহানবা তাঙ্ককনি। খুৎশা হৈবগী অমদি থবক পিবগী মরিদা য়েৎনবা লৈরগদি মসিনা কারখানাগী ওইবা ইহৌ নাম্থোকখিনবগী অনিশুবা তাঙ্ককনি। অহু ওইরগদি মেছিনগী খুৎশা হৈবগী থবক শেল-থুমগী ফিভম ফগৎপা পুরক্লিবা ঙসিগী সংসার অসিদা লাম্বা য়ায়ক্লোইদবা ফিভম অহুদা পুথহুনা লৈহৌনবগী মচাকস্থু ওইরি।

মওং খরদদি মেছিনগী হিরম চাওখৎপনা থবক য়াম্না পিরিবনি। মহুগীদমক "গ্রিন রিভোলুসন" ভারত্তা ওইখিবা অসিনি। মেছিনগী খুৎশা হৈবগী হিরম পুশিন্দুনা অফবা লৌউ শিংউবগী মরু পুথোকবা মখল মখলগী অনৌবা অফবা পাম্বী পুথোকবা পাম্বীগী লায়না কয়ামুক ঙাকথোকবা, চাথোক হেন্নবা হোৎনবা অহুগুম্বা ইহৌ অমম্ব ঐথোয়না "গ্রীন রিভোলুসন" গী মরি লৈনবা ৱাহন্দোক ওইনা পিবা কায়দে। অহুনা অনৌবা দরকার ওইবা শিনমী অমদি শিন্থা অনৌবা মেছিনগী খুৎশা হৈবগী হিরমদা মফম অমতদা মতম কয়ামুক হঞ্জিন্না পোথোক পুথোকবগী ইহৌ পোকপ্রবনি। অসুম তৌহুনা লৌউ শিংউবগী থবক্তা হেন্না পিরিবনি। চামদা ৭০ দি ভারতকী মীশিং অসি লৌউ শিংউহুনা লৈরিবনি। অহুনদি শেল-থুমগী অফবা হায়বহু ওইফম থোকই। খুৎশা হৈবগী থবক ৱাংখৎহনবা হায়বসি অচৌ অচৌবা মেছিন নত্রগা বিজুলিগী ওইবা পোৎলম অমসুং কম্পূতর অহুবুতা খংনদে মসি ৱাখলগী অনৌবা লম্বী শেমগৎ শাগৎনিংঙাই মচাকস্থু ওইরিবনি।

ঐখোয়গী ইরক্তা লমচৎ রাখল অরানবা য়াওবদগী মীশিং য়াম্না হেনগৎলকপনা লাইরবগী চাং অসি হেনগৎলকখি। অদুনা তরুক শুবা চহি মঙাগী প্লান ফাওবদা থবক ফংদবগী সমস্যা লৈখিগনি। ইং ১৯৪৭ অসি মীশিংগী রাফম পান্নরুদে, ঙসিগী মীশিং অসিগী তঙ্খায় অমা মতনদুগী ওইরম্মী। মতমদুদা আইগী রাফমদা অমেরিকা জাপানগুম্না মেছিনগী খুৎ-শা হৈবগী থুমাং চাওশিনবদু লৈরম্বা নত্তে। মতম চানা খুৎ-শা হৈবগী থুমাং চাওশিনবগী তাঙ্গা অদু মাঙখ্রবনি। নাম্থোকখ্রবনি।

কারখানাগী ওইবা থাক্তা ঐখোয়না "রোবোত" কী কারখানা অমা জাপান্দা পংতৌ তৌবদৌনা অমা পুশিল্লকপা তারগদি মদুসু অপঙবনা মকন্থি ফূদোকপগুম থোক্কনি মরমদি ওইরিবা মীশিংশিগী দরকার ওইবদু থৌশাদনা তৌবগুম থোক্কনি। পোত্থোক্তুগী দরকার ওইবা শিনমী অদুগা মেছিনগী খুৎ-শা হৈবা অদুগা চাং য়েংদুনা চানবা খল অমা থমদবসু লানগনি। মেছিনগী হিরমদা ঈশিং পিবা, ঈথৈ, লৌখোং, ঈশিং ঈচাও কনবা মহৌশাগী ওইজবা পোত্থোক থিদোকপদা, লৌরায় থরায়গী মথৌদা খুৎ-শা হৈবগী মরমশিং য়েংথোকপা অসিনচিংবা অসিদা মী কয়ামুক থবক পিরিবনি অমদি পিনবা হোৎনরিবনি।

থুঙ্গংগী লমদা থবক ফংদ্রিবা অমদি থবক্তি ফংলগা মদুনা মপুং ফাবা ওইবদি নত্তবা মী কোত্তি ২৫ ওইবা মতমদা সহরদা কোতি ১০ ওই। হায়বদি থবক শুবা মী মাপল লৈবগী মসুংদা

অমা খুঙ্গংদা, থবক শুবা মী তরানিথোই লৈবগী মঙ্গুংদা অনি সহরদা মতম মপুং ফানা শিজিন্নহুনা লৈ। খুঙ্গংগী থবক পিবগী থৌশিলদা ওইরিবসি মরু ওইনা হুং থুগাইবা অরাপ্পা মফমদগী লৈবাক লৈথোম হোনবা অসিগুম্বসিনি। মীওইবা অমা হায়বসি মহাক্না শুজরিবা থবক্কী খুৎশুমলদগী তাথনা আই লাক্লবদি থবক্তুগী কান্নবা লৈতে। মহাক থবক তৌবা নত্তে, মহাক্না তৌরিবহু দাননি। মসিনা চাকনিবা হেনগৎহনবা নত্তনা থবক পিবগী রাফমদি ওইররোই।

পৈশা য়াম্না তানবা য়াবা থৌশিনগী খুৎ-শা হৈবশিংগা মীনা মশিং হেনহুনা লৈরবা শেল-থুমগী ফিভম অসিগা য়েংনরুবদা ভারত্তা ওইরিবা ফিভম অসিদা কম্প্যুটরাইজেসন অমদি রোবোতকী রাফম পুশিনবা হায়বসি হুং অনিগী মরক্তা হা হায়বহু ওইরবনি। অনৌবা মেছিনগী রাফম পুশিল্লকপা চাওখৎপগী খুদমনি হায়বগী ভাবতুনা মহুনা পৈশাদা নত্রগা মীগী শিনফম করি ওইরক্কনি রাখল ইতৌ তৌনদে।

খুঙ্গংদা অমদি সহরদা থবক ফংবগী খুদোংচাবা অসি চাং মান্ননা থম্বিগদবনি। জাতিগী ফজবা লিপুন শাগৎপদা, মীনা হৈশিংবগী থবক, লৌউ-শিংউ অমদি কারখানাগী থবক্তা, অন্তর জাতিগী হিরমদা থোং মান্ননা থম্বিগদবনি। মেছিনগী খুৎ-শা হৈবনা হেন্না চাওখৎপা হায়বসি রাখলগী ঈংহোস্থ য়াম্না দরকার ওইরিবনি।

মফম মতম চানা শিজিন্নরবদি থুং-শা হৈবগী হেনগংহনবা মতুনা থবক পিনবা শেমগদবনি অতুগা মেছিনগী থুং-শা হৈবগী থবক্পা চাওথংপগী কান্নবতু ফংগনি। অতু নত্রগদি শেল থুম ফগংনবা হোংনক্রব্রা হায়ববু লাইরবা মীশিং হেনগংনবতুম থোকলকনি।

অসুম তৌতুনা মী মরিগী তিকেত লৌরে। অতুম তৌনা উচিন নাচিন্না তৌহৌবদগী হল্লকপতু অমসু অমসু পংচং চংমন্দ্রুনা মহৈ মহৈ ব্রানরে। হল্লকপদি হুমিদাং ওইরে অতিয়াদা থা থোক্লে। দিল্লি সহরগী বিজলি মৈঙালগা থাবল মঙালগা অন্নত্তা ওইখ্রে। ঐখোয় রা-লাং ইঙাং ঙাংনদনা হল্লক্লে। হুমিদাংগী পু: ১০ তাদোরম্লে। ইরানগী রাস্ত্রদূতকী বঙ্গোলো লৈরিছুগী মনাক্তা ঐখোয়গী মরক্তগী অমদি খোঙ হামনিংবনা (করিগুম্বদা মসুং অচৌবা চঙনিংবনা) লোইরম্লবজাংনিদনা অতুদৈদি ঐনা হায়রে ঙাহাক্তা থাংখো মফম চাবা য়েংখিসি হায়ববু য়াররোই খাঙবা ঙমদ্রে হেক মহায়রক্লে। বঙ্গলো মনাক্তু সিফাই ঙাকই অতুনা মতু উগ্রগা খুদোং থিবা নংবা ম্নাই হায়দনা লম্বী মতেক অমমুক পরপ পরপ চথবা হৌরক্লে। পাকথ্রবা নানগ্রবা লম্বীদা য়ুং হানফম থি ফাইফম থিফম থংদ্রে। ঐনা ঙায়খো হায়না হায়না য়াত্রবনিনা লম্বীগী মতাই ওইনা হৌরিবা মনা পুংবা অনেম্বা উপাম্বী মরুম মথোংদা শং পাকথরগা হোংনথরে। লাইবক্তা ফরিবসু হরাগাড়ী ময়াম তু-দা হঙ্গং হন্দা চেনবসু শরফ শিবা তাঙ্গা ওইনা থোকখি। অতুম তৌনা অতৈ মীওই থরসু

ঐখোয়দা হংলকই কদায়দা য়ুং হানফম লৈবগে হায়দনা। ঐখোয়বু দিল্লি মচাদৌনা লম তাকপিয়ু য়াম্না হায়রকখি। মরমদি ঐখোয়দি অনকপদা লৈবা মীদৌনা খোঙনা চৎপতুননি হায়বসি থগ্ঙখি।

মথংদা ঐখোয় কুতুব মিনর য়েংশি হায়নরে। কুতুব চৎশি ঙাংনবা নুমিংতু থোইদোক্লা চোকথবা অমদি ওইখিদে। মরমদি য়ুশুফ সরাইদগী কুতুব মিনার অতুক য়াম্না লাপ্পা অমা ওইখিদবনা। য়ুশুফ সরাইগী থাগোমদা কিলোমিটর অনি/ অহুমলোমদং চৎলগা লৈরে। লম্বী অসোমদা উপহার সিনেমা হোল লৈ। হাজ খাজ এনক্লেব লৈ। এন সি আর টি লৈ। শ্রী আরবিন্দো আশ্রম সর্বোদয়া এনক্লেব লৈ। শ্রী আরবিন্দো আশ্রম পোন্দিচেরিদসু লৈ হায়বহু য়েংনিংলকই। টি, বি, হোসপিতাল লৈ। কুতুব য়োরমদাইদা নুংঙৌনা শাবা মানবা শামু অচৌবা অমা ভারত হেন্দিক্রাফকী থোংজিলদা চাগনা চীং লেম্না লৈরে। অতুদা ভগবান বুদ্ধগী লাইনিং মুর্ত্তিনচিংবা কয়া উরে। তশেংনমক অমুক্তা উদ্রিবা উগে থনবদা য়াম্না তাঙলবা মফম অসি উবগী চাওথোকচবা তামা লৈ। অশা কয়াগা লোইননা পুন্সি ময়োল চোংলকই। লম্বীগী চিদাইদা খোঙ লম্বীদা অহুম লাকই। করিগুম্বদা চানা লৈ। হান্নরু পঞ্জাব্রে চানা চাবা লৈবাক হরাই চাবসি হৈনবীনি। চফু মচা অমদা লৈবাক হরাই থরা হাপচিল্লগা কাথুমৈদৌনা খুরগা লৈবাক হরাই য়াইবহু চংনবীনি। মহু নুপানতা তৌই। শেম শারবা চেথাওদা কিলো

ওন্দুনা পিরক্কনি অয়াম্বা মতমদা ঐখোয়না চাগল্লিবসি লুপা অনিগী মফমসিনি। কুতুব লম্বী ওন্নবরা চীংনরকই মরমদি খোঙনা অসুম চৎপসি ন্নারকখিবদগীনি। অসুম্মা খোঁরাংনা য়েংলিংদা উরক্লে মীতর চহুম মথাই রোমগী কুতুব মতোল উবা হৌরক্লে।

কুতুব মিনার য়োরে। কেমেরা পুশনবা, ফোতো কাপ্পা য়াম্না চেকশিন্না নিয়ম অকক্কবা অমগী মখাদা তৌহল্লি। কুতুব মী অমফাও কাহন্দে। অকোইবদা তিংখং তারা খাজিনখ্রে। অতেক অকাই থোক্লবা কুতুব য়াম্না কন্না শেমজিন শাজিনবগী থবক চখ্থরি। কুতুবগী অকোইবদা লৈরিবা কুতুবগী মশাশিংসু তেক কাইখিবা কয়ামুক লৈরি। অতুগুম্বা মশাশিং অতুসু মমল য়াম্নবা মুংনা শাবা য়াওরি। অতুগা ফুট অনি শাংবা অহুম ফাওবা পাকপা মুংশিংনা চনবা য়ুমগুম্বশিংতু উরগা মতমতুগী নিংথৌশিংগী মতিক মগুণ অতুসু হৌজিক্কী সাইন্টিসশিংনা থিজিনবা য়াবা মচাক কয়ামরুম য়াওরি। মতমতুগী মীওইশিং থাগত্তবা ঙমদে। মখোয়গী ন্নাখল, মখোয়গী খুং-শা হৈবগী হৈশিংবা অনৌবা ফজবা মখল পুথোকপা য়াম্না তমজনিঙাই ওইবা য়াওরি। অরিবা থিজিনবা কাংবুশিংনা থাতুনা থম্বা ন্নারোলশিংতু পাতুনা লৈরিবঁদা ইংলিসমেন মুপী অমা চংশিল্লক্লগা ঐখোয়না পারিবা ইংলিসতু তাবদা "recapituleted" হায়গদবনি হায়না চুমথোকপিরমই। ইংলিসমেন মুপী অতু মশক ফজে। রাশী লৈ ঙৌই। মশম ঙাংই। মখ্বাংদা জসি' থবাক থাইবিদো কিশিল্লগা য়ানশিল্লি।

খোংঙুপ অঙাংবা অমা তোংই। মমিং নাপু মচুনি। এখোয়না পারিবা ইংলিসত্থু মানা মীনিত অম'নি তারবা তুংদা অসুম্না হায়গদবনি হায়না চুমথোরকপত্থু ওন্থোক্লা সুংশিন্রে। জাতি অমগা জাতি অমগা উন-শক্নবগী মিকুপ অমতং ফংজবসি থম্মোয়দা কয়াদা চাওথোকচরিবা। কুতুবগী মচি মচিদা শন্দোক্তুনা লৈরিবা লম্পাকশিংদা নৌনা লুহোংলক্লবা-লুহোংলক্লবী মতৈ-মনাও কয়ানা য়াম্না ইংনা চিকথনা উপ্রাক্লা হিপ্পুনা রারি শানহৌই। মখোয়গী মায়থোংদা মোমোন মীনোক্তুনা ঙান্থোইরকই। মনা পুংবা উ পাম্বীগী মখোংদা খৈরোইশিংনা মনিং তম্না শান্নে। মী লাকপা লাক্তবা খৈরোইশিংনা থোইদোক্লা অকিবা লৈতবত্থু উরগা কয়াদা সুংশিবা ফাওরিবা। মী চামরোম্না সুং হকপা অমদি ককপা তৌত্থুনা কুতুব শেমজিন্নবা হোৎনরি।

কুতুবগী মমাং পাংনা চৎখ্রিবা অদোমদা আদাম খানগী মোংফমদা শাবা ফুরা অত্থুগা ভগবান মহাবীর বুদ্ধনচিংবগী মুর্ত্তিনচিংবনা তাখিগদোরবা নোংচুপ চীংয়াদগী থক্তোরকপা সুংশা মঙালনা হেন্না মুর্ত্তিশিংত্থুগী মঙাল লৈহন্না এখোয়বু উহল্লকপগুম তৌই। ফজরবা পাওতাক কয়া য়াম্না শমজিন্না নিংশিংলকই থম্মোইদা। অসুম হল্লকপদা চোর মিনারদা চংগে খনবদগী লম্বী খর পিকশনবত্থুদা চংলে। মমশিল্লকপগা লম্বীত্থুদা মী ইচৎ চত্তবা চিকশল্লকপত্থুগা সিফাইগী কোলোনি ওইগুম তৌবত্থুদা হঙ্গোইরত্থুনা খর চংশনবা হৌরুরগা অত্থুম থোরক্লে।

ছাম্নদগী তারে ন্নারী ন্নাতাই তৌনবদগী পালিকা বাজার। পান্সিকা বাজার লৈন্নুংগী কৈথেলনি। মসিগী মপাদা লমসি পৃথিবীগী গ্লোব তৌনা তোংতক তানা ছায়বদি শরুক অহুম থোকপগী শরুক অনিনা লৈন্নুংদা ফুমজিন্দুনা শরুক অমনা থিংগত্তুনা লৈবা মতুম তাবা পোং অমগী মচেত্তৌনা লৈবা উই। মসিগী মথক্তা নাপী হোই। মী থরনা মতুদা ফমথতুনা লেপ্পুনা ন্নারী তৌনতুনা লৈ। ঐথোয়দি কাস্তুরবা গান্ধিরোমদগী লাক্লগা পালিকা বাজারগী অহানবা চংফম অমদা হেক্তা চংলে। চংফমশিংগী মশিং মথং মনাও নাইনা থাতুনা অহান অকোন মথক মথা তুংমাং নাইনা ফজনা শেম শারবা অমনি হায়বা য়াই। অতুগা ইকোই কোইবা বৃত্ত, কেন্দ্র, ব্যাসার্ধ, অকোইবা লৈই, অকোইবা লৈইগী ওমথৈ, অতুগা অন্তুগুম্বা অকোইবা লৈইগী মথং নমাও নাইনা পরেং মরোন মরোনগুম ফিয়োনবা তুকানশিং হোটেলশিংনচিংবা মফম চানা ফমতুনা লৈনৈ। পোংকী মমল থাতুনা লৈরে। তরু-তনাগ্না য়োম্নবা হোংনবনা পালিকা বাজারগী শক্তম থরদি ওইবা য়াই। পোং-চৈ অহোংবা অমত্তা য়াওদে। ফজবা ফুরিং, ফজবা ফি, মতমগা চানরবা মথল মথল কয়া য়াওবগী হায়রুরবদি পালিকা বাজার পনবা মতিক চাই। ফুরিং অমদা লুপা ৫০০/- (লুপা চামঙা) তাবা য়াওই। হেনবা কয়া অমসু য়াংরি। মমল হুম্নদবনা হেম্না লেম্নবা ফজনবা ওইনা তৌই। অতুবু ঐথোয় লুপা কুনমঙা পিবা ফুরিং মচা অমথক লৈরগা থোরক্লে। লুপা কুনমঙা পিবা

ফুরিত্তু ঐখোয়না খংবা অঙাং অমদি লুপা ১৫ (তরামঙাদা) লৈরকই হায়তুনা ঐখোয়বু অপংবা শিবা ফংখ্রে। অপংবগী মরল অশিংবনা চাদনবু কনানা চাগদগে। অসুম্না দিল্লিফাওদং চংপসিগী খোংচংসিস্থ মীগী মপোৎ মরল লাক্লগা, ফোইরগা, পুরগা. চংপত্থ মঙাইখ্রে। কনাগুম্বশিংনদি ঐনা দিল্লি চংকনি হায়বসি থাজদবা মী য়াওনৈ। দিল্লি চংকনি হায়জিন্নরগা পৈশা হুরান্নৈ হায়বদগী, ঐস্থ শাজিন্নবা লম চংপা অমা ওইনা উনখিদবা মী য়াওদবরা? য়াওব্রবদি মতু অরানবা ওইগনি। লম চংপগী পৈশা পিনিংদনা পিরকপা অমা ওইরে। ঐনা পংবগা, পৈশা পিনবা মীনগা পিনিংদবগা অপংবা ঙকথি চপ্লে। কান্নদে রা অরেম্বদা কোইথোকউরে। অতুদৈ পালিকা কৈথেলগী চংকম থোকফম ইমান মান্নবতুদা অমদা হেক্তা থোক্লক্লে। ইমান মান্নবা লম্বীতুদা চংপা হৌরক্লে। নোংস্থ থিংলি থিংলি তাবা হৌরক্লে। অস্থম অসুম চং লম্বী মাংথোকখ্রে। লম্বী ওন্নরম্লে।

অতুদৈ নোংস্থ কন্না হেক মতারক্লেদা ঙহাক থুপই কনোট প্লেসকী তুকান অমদা রাখল খল্লকই পোথাফম খংদনা ঙসাই ঐখোয়না লাকপা লম্বীতুবু কদোমদনো হায়তুনা, করম্না মতেক ময়াসিদা লম্বীসি ওন্নখ্রিবনো? খল্লিঙৈদা নোং খরা পাথরকপতুদা ঐখোয় অমুক চংপা হৌরে। অতুগদি খর চংলগা অশোকা রোডতা চংপা হৌরে। অশোক লম্বীদা চংলগা ঐখোয়গী লম্মাংনরবদা হেক হেক মঙফাওনবিরিবা ধ্রুবতারা ভারত থোঙ্গাল

( ইণ্ডিয়া গেত ) ফংলনি খন্দূনা চৎপা হৌরে। ফনা শাংনা চৎলবসু ভারত খোঙ্গাল ( ইণ্ডিয়া গেত ) হেক মতারক্তরে। খল্লকই ইস কমদৌনি তৌরিসিন্দি। পুক্সিং থম্মোই রারকই অপঙংবগী থম্মোয়নিনা লম্বীগী কোন্না অমতং উবদা লম্বীসি লাল্লত্রা লানখি-দৌরিত্রা ত্রাফিক মফম অমতং উবদা ওন্নখিদৌরিত্রা পংথনদ খনবা হৌরক্লে। নোংসু থিংলি থিংলি মতারি। ছাতিনসু য়াওদে। মতমসু থেংজিল্লকই মমশিল্লকই। লম্মাংনরবদা থব্রায় রাবা হেঙ্গংলক্লে। মী কয়া চংনদবা আসাম রাইফলগী মনুংগী লম্বীগুম্বা, মহাবলীগী লম্বীগুম্বা, জেল রোডকী লম্বীগুম্বা অয়াংপল্লীগী লম্বীগুম্বা, পিক্তক তৌবা লম্বীদা চংপা হৌরকপদু অশোকা লম্বী নত্রবরা খল্লদুনা অদুরাইদা অমুক কোনাদুদা ঙহাক অমুক লেপ্লে। খর অমুক চংলি ওন্নরমাল্লেদা হায়দুনা অমুক হল্লকই। অমদা চংলুই লাল্লমালেদা ঙসাই হান্না চংগ্রবা লম্বীদা অমুক হল্লকই। অসুম্না ফনা শাংনা হঙ্গং-হন্দা শাংনা শাংনা খোংনা চৎপদু অমুক্তা চংত্রিবা খোংচং ওইনা তৌরে। রাবনা তপ তারে। অদুবু অসি-গুম্বা মিকুপসি অরাবদু নীশিংনবা মতম লৈরমদরে। চুমত্রিং চংলিবা লম্বীদু চুমলে খন্দূনা লাকচরবনি। অদুবু অপাকপা লম্বী অমনা ৯০$^0$ সমকোন্দা লম্ব য়ুংবা লৈই ওইনা ( পারপেন-দিকুলার ) ওইনা কৈফগাক কৈনা লৈদুনা লম্বীদু অমুক মাংহনগ্রে। করিনো ঙসি তৌরিসিবো খল্লকই। ফরে অদুগী অদু মঙায়রে হায়দুনা ওইরোমদা থেক্তুনা অদুমক চংপা হৌক্লে। উরক্লে মহা-বলিয়োং ময়াম অদুগা চপ মান্নবা য়োং ময়াম অমা লম্বীদুদা।

কালিবারি মন্দিরগী য়োং ওইরমগদ্রা থল্লি। কালিবারি মন্দির নত্তবা লক্ষ্মী নারায়ন লাইশংস্থু অদোমদা লৈ। অদু উরগা মহাবলি নিংশিংলকই। চৎপদি লেপ্তে। হৌজিক্তি নোংসি থরা কয়প তারে। লম্বী লমলোং অমুক থেংনশল্লক্লে। উপাই লৈত্রদ্রনা পুলিস অমদা হংলে। মহাক্না হিন্দিদা হায়—সিধা চালা, অদুগা কোনা অমা লৈরনি অসিনচিংবা মথুৎও মশাও য়াম্না থরায় য়াওমা নোং মরক্তুদা তাল্লক্লে। থর চৎলগা মমলি মমলিরবা মুমিদাং য়াইরমগী অমম্বা নোং মরক্তা পালিয়ামেন্ট হাওসকী য়ুমজাও হায়গদ্রা শঙলেন হায়গদ্রা অদু উরকপত্থ ভারত জাতিগী মচু অহুমগী ফিরালনদি অইংবা অশাবা নোং মরক নৎপা নত্তবা থিদবা মতৌদা। চিং লেম্না তপ্লি তপ্লি হায়বতু উরগা ঐখোয় ভারত মচানি, ঐখোয় ভারতকী অপুনবা শক্তিগী মথাদা লৈরিবনি হায়রিবসিদা নোং চোৎপা অমদি খোংনা চৎপগী অরাবা কাউনফম ওইরুরে পুন্সিদা অহানবা ওইনা পার্লিয়ামেন্ট হাউসকী মমায় মচেৎ অমতং উজবদা। লম্বীগী মচি মচিদা লৈরিবা বস ভাইফমগী মীথুংশংদা ঐখোয় ওহাক মোং থুপ্তুনা লৈরিভেদা সি, আর, পি, এফ, অমথক্লা হংলকই নখোয় নগালেণ্ডগীরা, মিজোরামদগীরা, ব্রহ্মাদগীরা অসিনচিংবা। ঐখোয়না থুমই—মণিপুরদগীনি। ও; অদুদি নখোয় মনিপুরিনিনে—অং। মনিপুরী মচাসু সি, আর, পি, এফ, ওইবা য়াওই হায়। অদুদগী ঐখোয়না চৎকদবা মফমগীদমক বস অনি অহুম তাকপি অদুবু বস তোংবগী হৈনবী লৈতবসিনা বস তোংলগা হেন্না লম্বাংনথিগদ্রা থনবগী বস তোংবা কিরেল মখোয়না অমুক

তাকপিরকপগী মতুং ইন্না য়াজপাথ লম্বীদা লাক্লে। ঐগী কম্মোতি মচা অমা ইথা থাদে। হৌজিক্তি মতু কোকশেং ওইনা ফজনা শেংচিন্নগা মান্নবা খোংথাং মাস পাস চৎপদোনা খোংথাংবা হৌনয়ক্লে। রাজ পাথ লম্বীগী চিদায়দা মারুতি কার অমদি কোন-তেনসা কার অনি থক লকক লকক য়াম্না লম্না থাই। হোয় মতু মল্লে। ঙুমিদাংগী পুং শুরুক মথায় রোম হেল্লক্লে। থিংলি-থিংলি তারিবা নোংগী মরক্তা অচেনবা গাড়ীগী মৈঙালনা উরকই থামতুনা লৈরিবা কারতু মী য়াওবরা য়াওদবরা হায়বতু। কারতুগী মসুংদা মী য়াওরি। গ্রাসনা পুমকোই কোং শিল্লিবা কারতুগী মসুংদা ঐনা উরকখি। ঙুপী অমা ঙুপা অমা। ঙুপীতু চহি ১৮ দগী ২০ ফাওবগী মসুংদা লৈরমগনি। ঙুপাতু চহি ২০ দগী ২৫ ফাওবগী মসুংদা লৈরমগনি। মসি ঐনা ঐগী মিংয়েংদা চাওরাক্পা লেপচরুবগী য়ানি। ঙুমিদাংমক ওইরগসু ঐনা উই মখোয়তু মী ভৌই। ইনথং-লক্লিবী ঙুপী মচা য়ং য়ং লাওনা মপোপ মতাং ফজথংলকপা অমা অতুগা ইনথংলক্লবা ঙুপামচা য়ং য়ং লাওনা মশা মউ মসল অমদি অশেংবা ঈ থাংলবা অমা। য়াম্না মুম্না য়েংলুবা নত্তে। খোংচতুদা খোংথাংতুদা চায়ফেৎ ওক লৈতুনা মীংয়েংফম ওইরবনি। ঙুপামচা-তুনা ঙুপীমচাতুগী মথক্তা উপনা তাবরা? ঙুপীমচাতুনা ঙুপামচাতুবু কোংশিনবরা? ঙুপামচাগী মখুৎনা ঙুপীমচাগী মনঙ্গলদা কারন তানা থম্বরা? ঙুপীমচাতুনা মাগী মখুত্তু ঙুপামচাগী মনঙ্গলদা কারল তানা থম্বতু হৈনিংনদবা শাশিন্নতুনা থম্বরা? অতুদগী হকচাং-হকচাংনা থেংনবা! অতুদগী ইনথৎপগী য়ারী, ইনথৎপীগী য়ারী মখোয়

ময়ুমদা থিনরম্নোইদবরা ? অদুগা কোনতেনসা কার মমুংগীদি চুম্ন-তমক ফম্নি। মোমোন নোক্না ৱারী শানহৌই শাবী অমা শানৌ অমা। মখোয়দু দিল্লিদা থবক তাররব। অচৌ অশাংগী মচাশিংলা ? ঐখোয়না খোঙনা অসুম অসুম চৎপদু নোং-চিং লৈচিন থাংবা হায়বদু ওইবনিনা ভারত থোঙ্গাল ( ইণ্ডিয়া গেত ) লানফমদা মথ্বায় কৎথ্রবা সিকাই জরানশিংগী নীংশিং খুদম ভারত থোঙ্গাল মখোং মনাক য়াম্না নকশিল্লকলবকান্দা উরে। লম্মাংনরবদা ধ্রুব-তারা মঙফাওনরে। লম্মাংনবা মতৌগুম তরক তরক চৎপদুদা লম্বী চৎপা নিপা অমনা হায়রকই—বস তোংলো বস ভারা মথায় অমতনি। ঐখোয়সু হোয় হায়না খুম্নে।

দিল্লি রেল স্তেসনদা হুমিদাংদুমা লেক্রুনবা তৌরিঙৈদা উরকই শগোল অমনা শগোল গাড়ীদু চিংলদুনা চৎখিবদু। শগোলদু ইচোক চোকথনা উই। খল্লি শগোল অসিনা কাম্নরিবসি করিদনো ? করিগুম্বদসু শামু উই। শামুগী কাম্নবনা করি ? তশেংনমক কাম্নবদি লৈরমগনি চন্নদবগী ৱাকমদুগী ৱানি। এন, পি, সি, সিদা থবক তৌই হায়দুনা মৈতৈ মচা খরা থেংনরে। মখোয়গী মরক্তা অমদি য়ু পুমখৈ থকপা অমা য়াওদুনা মচি মরুম ওইবা রেলরে প্লেতফোর্মগী জগা অমদা ইশি শিনা তুম্নখ্রে। খুদাং থাঙতু্না য়েংবদা হুমিদাংগী পুং ১২ ( তরানিথোই ) তারম্নে। ঐখোয়সু ঐখোয়না পুরকপা দড়িমচাদু তিংথোক্তুনা শিন্ন-শিন্নদুনা তুম্নবা শেম শারে।

অয়ুক পুং ৬ ( ভরুক ) তা ৯২২ নোর্থ ইষ্ট এক্সপ্রেস ( 922 North East Express) ত্রেন চৎকনি হায়বহ্ পুং ৯ (মাপল) দা লাওথোরকপদগীদি ইতন অন্থবা ফাওনরে। ওহাক লৈরগা প্লেত-ফোর্ম তরেৎতা চৎলো হায়দুনা অমুক লাওথোরক্লে। মতুদা চৎকদবা ময়াম কোয়চেন চেন্নরে। ওহাক লৈরগা প্লেতফোর্ম মঙাদা চৎলো। পুং তরামাথোইদা ত্রেন থারগনি অমুক হায়রে। অসুম্না চেন্নবদা মশা কনবা মীনা য়াওনা মীরক থাইরগা চৎনৈ। অশোনবশিংনা ভুশিনদুনা লৈহৌবসু য়াওই।

দেরাদুনদগীনি হায়দুনা উথ্রুলগী লৈশাবী ইম্ফালদগী পাখং থরসু অদুম্না তৌবদুদা থেংনরুরে। মথোয়গা ঐথোয়গা পুন্না চৎমিন্নদুনা ফমফম থিমিন্নরে। ঐথোয়না চুপ্লে হায়দুনা ইফিং ফিংনা নংহৌরোইদা মতাগুম ফমুবদু ওহাক লৈরগদি ফমফম লাপ্লে হায়দুনা অমুক কোয়থি থিরে। পুং তরামাথোইদা চৎকনি হায়বা ত্রেনসিনা পুং ১২ হেল্লকাওবা চত্রে। থল্লম্বগা ওন্নবদুদা নিংবা কায়থি। মরমদি নোর্থ ইষ্ট সুপর ফাষ্ট এক্সপ্রেস ত্রেন ৯২২ দো সুপর স্লো ওইরম্লে।

অসুম্না চৎলকপনা তিকেত য়াওদবা কদর ফদরগী মীসু য়াওরম্মী। তিকেত য়েংবা লাক্লিবা মীগা মরৈ য়েৎনরকই লাওথৎনরকই অচেনবা ত্রেনগী মনুংদা। কাংবু অমনা তিকেত য়েংবা মীহুদা লোয়া পৈশা পিজরগা য়ারী শানরগা ভেথনথিবসু

য়াওই। হাবি জাবি তৌবদা হৈনরবা মীনা হাবি জাবিদা লুপই। হুংথিলগী মতমদা ফমই। হুমিদাংগী মতমদা হুংঙাইনা তুমই। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা তমগি অযুক চিঙ্খে ফিতুপ তুনবদা ক্বাক্কী লানবাও চেল্লক্লে চরোই তেতু খোংলক্লে পোম্বী চেক্লা য়াকাইরে খোইনিংনা উশা অমদগী উশা অমদা লৈহাও পাম্বী মশাদগী কফোই পাম্বী মশাদা মশা থিংনা থপ্পুনা পাইদুনা শেম্বীবা মপুগী কোলোয় মিঙ্খে শোনবা হৌরক্লে। য়াহৌ ঙনবা অঙাংনা মচিন ময়া শেংদুনা মমাংদা লাইরিক ফাক্লুনা নোংমগী পারা ঐরাইগ্রে। ইমাগী ইবুংঙো নিংথেম হৌগৎলো। শ্রীকৃষ্ণগী য়ারীদা হায়বা তারগনা ইমাগী কহ্নাই হৌগৎলো থেংলে মতম নমান্নবাময়াম্না শনবী শন্নাও হোয়দুনা নংবু হৌবা লাক্লে। অসুম তৌদুনা য়াম্না হুংঙাইনা তুম্লিঙৈ নোংঙানগদৌবা কুইশিল্লক্রবা মতমদুদা খোঞ্জেল অমা তারকই। লাপ্না তারম্বগুম তৌবা খোঞ্জেলদুনা অসুম অসুম নকশিন্না তাবগুম তৌরকই। অদুগুম্বা হুংশিরবা ঈশৈগী খোঞ্জেল অদুনা ঐবু মিকপ থোকহনখি। অচিকপা মরক্তা ঈশৈগী খোঞ্জেন অদুতনি ময়েক শেঙনা তারিবা। হুংশিরবা ঈশৈগী শুর অমদি খোঞ্জেল তাবদা থম্মোয় নৌরকই। ত্রেনগী দবা অমদগী দবা অমা লান্না খোঞ্জেলদুনা হুৎতুনা চৎখ্রি। অসুম্না লাকপনা ঈশৈ শকপিদু ঐখোয়গীদা য়োরক্লে। ঈশৈ শকপি-দুনা মরক মরক্তা ঈশৈ শকপা লেপ্লগা "বাবু পৈশা" হায়দুনা মখুৎ তিংথোক্লুনা নিরি। ঐসু লুপা অমা হাপলে। পৈশা হাপ্লবা তুংদা ঈশৈদু শকৎলি। মমিৎ অনিমক তাংলবী হুপীদু মল্লবা ফিজোলনা

মাগী লৈতেংনি। বাবুশিংনা পৈশা হাপ্পা য়াওই। হাপ্তবা য়াওই। ঐখোয়গী দবাহু লান্দূনা চৎগ্রবস্মু ঈশৈগী খোস্থাং নিলহৌরি।

অসুম্না নোংঙাল্লমদাইদা ঈশৈদো হুমিৎ হুম্নি তারবা ভুংদা গৌহাতিদা পুং অমা হেল্লকপদা থুংলে। অয়ুক পুং অমা হায়বসি দিসেম্বর থাগা ওইবনিনা ফনা ফজনা ইংলি। নোঙানদ্রিফাওবদি ঐখোয় গৌহাতি রেল স্তেসনগী মচি অমদা তাশিন্দুনা লৈরে। রেল স্তেসনগী চা অমদি চানবা তাঙই। অসুম্না ঙাইহাক লৈরবদা নোংঙাল্লে। নোংঙাল্লবদা পাও তারে বস ত্রেননচিংবা মথল অমত্তগী গাড়ী ডিমাপুর য়ৌনা চেল্লে। এন, সি, হিল অতোলোন অমদি কারবিয়াঙনা শিন্দুনা হুমিৎ হুম্নিগী বন্দ কৌরম্লে। ডিমাপুর লম্বী থোকপা য়ানবা ফনা হংনরবস্মু চৎপা য়াবগী উপাই লৈত্রে। উপায়দি লৈ। শিলচর চৎলগা ইম্ফাল থোক্লকপা অমা, প্লেন্না গৌহাতি ইম্ফাল লাকপা অমা। অনিমক পৈশা কাহেন্না চংবা ঙাক্তনি। অতুগীস্মু মথক্তা প্লেন তিকেত ফংবা ঙমদ্রে। লৈরমদ্রে। নোংঙাল্লমদাই অয়ুক্তু মমলিবা মরক্তগী পাও হংনরকপত্থনা অয়ুক পুং তরা তারফাওবদা করিমত্তা কান্নদ্রে।

লোইরবা।

# চাক অমতং

হৌখিবা পুল্সিনা ওাইরকখিবত্থ ওসিগী পুল্সিসিনি। মায়খিবা শ ক্রুমত্থদি ইশানা উৎচরিবসিনি।ঐগীসি রাকং নত্তে ফোঙদোকপনি। ফোঙদোকপনা ঐগী করি ওইঙ্গ্রবগে? ওইগদৌরিবা? অশিবা কনাগীদমক ঐ তেংথাগ্রবগে? মী লিশিং ৫৫ আরমেনিয়াগী য়ুহারাবদা শিগ্রে, ২৮০ না পান আম জেত কাইবদা শিগ্রে, ১৩৭ কলম্বিয়ান প্লেন কাইবদা শিগ্রে, ইরানগী প্লেন অমা মী ২৯৮ য়াওবা গলফতা কাপথায়গ্রে, পাকিস্থানগী জিয়া প্লেন কায়বদা শিগ্রে, ৯০০ না চাইনিজগী য়ুনানদা য়ুহারাবদগী শিগ্রে। ৪০০ না ফিলিপাইনগী তাইফুন্দা শিগ্রে। কাল রুশিয়ানা কাপ-থুগ্রে। মী কয়া শিগ্রে। ১০০০ না সাইক্লোন্দা শিগ্রে। মী লাখ অমা পৃথিবীসিদা খুদোংথিবা থোকপদগী, তুহৎপিবদগী অসিনচিংবদা শিরি। পাউ হেক তাবগা ঐখোয়না মুংঙাইতবা ফাওই। মত্থবু কয়াম কুইনা নিংশিংনরুবগে? ঐনা শিরগা কনানা তেংথাবিনি? মুংশিত্তা তিল্লিবা পোৎলমগী-দমক ইমিৎনা উনা উনা করি শন্নরুবগে? মীগী মমলসিবু কয়া, করি করম্বা? লানগী মতমদা বোমনা নোং চুবগুম, মেনশিনগন অমসুং নোংমৈ মরুনা নোং চুবগুম হৈথরি। মী লিশিং লিশিং অমসুং শা-শন কয়া কিত্থনা চেন্নরি। খুঙ্গং অমদি লৌ পুন্নমক মৈ চাকএ। অশোকপা কাংবুনা ছইপী মত্তৌগুম লাউ-থোংঙি। মতুপ মতুপ কেল্লবী অশিবী মুপীশিংগী মশাক্তি লংজানা শেৎহুনা

চারি। লাম্মী কয়ানা মুপী অফং-অফংবা মশাগী অয়াবা য়াওদনা নম-নমহুনা ইজ্জং লৌরি। মুপী থরনা থরায় শোক্কা অশিবশিংগী মথক্তা নোম্বহুনা লেংতি। ঐনা কনাগীদমক তেংথাখ্রবগে? নিঙনবা অমদি কৈবে। নত্রা? ঐবু করি ওইখ্রবগে? করম লেমি? কোংদোবকপনা ঐগী অমাঙবতনি। ওইজবা শিংপতনি। ওইজবা শিংপদা ঈশিংদা ইরোইরি, মুংশিত্তা তাওরি, কংফালদা চৎলি, নিশা শিক্তিজরি, থকলি চারি। করি অমুক তমথোগে? করি অমুক হায়পনি অমম্বা লোরোকী কোমদা খোঙসি কয়া কয়া অমুম থাঙজিল্লিজিবু করম্বা, করি, কয়া কদায়দা? মসিমক্তং ইথস্তা থঙজয়বরা অশিবমুক তোংজবা অনি শুদ্রবরা?

নোংমা মুমিদাং অমা ঐহাক ঐহাকী মরুপ অমগা ইনে মাসিগীদা কোয়থোকলুই। ইনে মাসিদি তশেংমমক ঙকপনি। ঐখোয় লাকনি থাজখিদবনি। করম্বা মরী খোক্তুনা ঐখোয়না ইনে মাসিগীদা চংলুব্রিবা? মুপা নত্তানা মুপী নত্তা লৈবা ইমুংদা চংলিংবসিদি করিদা হংজুরনি? হৌদোংনা ঙা ফোবা উরগা মনম শুং শুং নমলিবহুনি। শজোম উরগা মমিৎ লাওথোক্ল। ওক্লা মমাংদা তারিবা সনা মতুমদো অমাং-অশোয় ওইরবোই নিংহুনা কয়াদা থরায় য়াওনা মনম নমলিবা। সিদ অদোম য়াবিনিংব্রা? মরম হায়বুসিনি। মরি হায়বু সিনি। সিদগী করি অমুক হায়নিংঙাই লৈরি।

ইবে মাসিগ্না ঐখোয় মরুপকদি হায়না য়ায়া মুয়া থংনৈ। মথোয় অনি য়ারী শানৈ মুংঙাইদম্বা মতংগী, লৈজু-লায়রুবী,

আশা কয়ানা নৌনা মখোল চোংলকপগী, আশা কয়া কায়বগী। মরকসিদা সোবিতা চা পুথোক্লমলগা অতিথি সেবাগীদমক চা মথং মথং য়েন্নমই, লান্নমই ত্রেদগী, তনৌরবী খুংশাক্লনা মথং মথং শিন্নমলগা লোন্কান অমত্তা হায়রমদনা চংখি। অতুগুম্বা মিংকুপ্পুনা ঐবু করি করিনো থম্মোয়সিদা খলহনখি। অনৌবা আশাগী অনৌবা মখোল। ইনে মাসিদা মরুপ্পা হায়রম্মী—করে ঙসিদি ঐখোয় অমুক য়ৌজগ্রগে নোংঙমা চাক অহাওবা অমত্তং চানবা ঙায়বহনি। পুন্সিদা আশা, আশাদা পুন্সি।

চরোং চরোং ঝুম ঝুম য়াঙ্খরিবা হৈকোন্দা ফজবা হৈ অয়ুক্ক চরোং অমত্তং খঞ্জবদনা কয়াদা থরায় য়াওজরিবা। লিক্লান্না চায়বা শাংকাইরবা লৈ চরোং চরোং মরক্তা ফজবা লৈ-চরোং থনবদি মতুমক্তদা মথৌ ওইজবনি। ফজবা ক্কি থনবদদি মোংমা তুমিং চুপ্পমা হেক কোয়বনি। মণিপুর সনা লৈবাক্কী লাইফম মাপন কোয়বদদি মমলিডৈ অয়ুক্তগী শাজেল তৌগ্রবনি। লৈ থিবা, ঈরু-মায়ুথজবা মথং মথং মাগীনি। ইনে মাসিগীনি।

অঙনবা অয়ুক্নি। য়াম্না চেকশিন্না হায়নরতুনা অরুবা থবক কয়া থাদোক্কুনা ইনে মাসিগীদা ঐখোয় চংলে। ঐখোয় হুপ্পা নহাগী অরুবা থবকসিদি মসিমুক লুবা লৈত্রমাল্লে। ঙসিদি সোবিতা ইনে মাসিগা পুন্না অতিথি সেবাদা পুন্না য়ারী য়াজাই য়াওররে। ইনে মাসিগা মরুপকা, ঐগা সোবিতাগা, ইনে মাসিগা ঐগা, সোবিতাগা মরুপকা, ইনে মাসিগা সোবিতাগা, ঐগা মরুপকা য়ারী তৌনরে। হৌখিরা পুন্সিদা পুন্সিনা মিংবা

কায়থিবগী, পুন্সিনা মায় পাকথিবগী, পুন্সিনা পরিক্ষা কয়া ভমথিদবগী, পুন্সিচুমন্না পরিক্ষা খরদং ভমথিবগী, অন্নাবগী অমদি মুংঙাইবগী অওক-অথোংগী ন্নারীগী মথেল মথেল। আশাদা পুন্সি, পুন্সিদা আশা। সোবিতানা ইনে মাসিদা য়েংলগা হায় "শঙ্গোমনেনা"—মমিৎ কোয়ঙাওননা "কয়া নাতৈ চানেগে"—মাগী ন্নাইহচুনা ঐখোয়বু কয়াদা থাক ন্নাংহল্লিবা ঐখোয়বু কয়াদা হৈশিংনা খোল্লিবা। মুংঙাইরবা ন্নারী কয়া লোইহন্নিংদা লোইহন্নিংদা মতম মকমনা ঐখোয়বু অতিথি সেবাগী ক্ষমক্ষম লাংদগী থিন্দোরক্লে ইনে মাসি অমসুং থন্নায়গী সোবিতা হয়াও মোমোন মিওক্লরচুনা ন্নাশি লৈরবা য়ুমগী মাঙ্গোলগী মচিনকাও ন্নারী লোইশিন হৈনদনা মতৌলৈবী সোবিতাগী মোমোন মিনোক্ল-রকপচুনা কাইন ন্নাথং ভকশিল্লক্লে। অতিথি সেবাদা মং কয়া মংলচুনা থবক ন্নাওন্রবা থুৎসি পুল্লচুনা লৈঙোই ক্ষুরা কয়া শাগৎলক্লে।

সোবিতা বি, এ,' পরিক্ষা পাস ভৌরে হায়বা পাও লাক্লে। সোবিতা ব্রিজ ভমলে। সোবিতা এমঃ এঃ ওইরে। হায়ার সেকেণ্ডরী স্কুলগী ওজা ওইনা পরিক্ষা য়াওন্রে। পরিক্ষাচুগীদমক ঐগা সোবিতাগা অক-কত্ত ভান্নখি। পরিক্ষা ভন্বা থুদিংগী ঐনা শঙ্গোম থকই। ঐনা য়েরুম চাই। অচা-অথক কয়া অতিথি সেবাদা চামিন্নন্রবনি।

সোবিতানা মশক কজবগী মন্নমদি অদোম্না অদোমগী চান্নজরবী কয়াগী মকমদা থন্নায় য়োনবা কথোকপদা হালেংবা

লৈত্তবগুম পুন্নমক মাগীনি হায়দুনা ফজবা লমচত্তা, ফজবা শাদাদা ওইবদুনি। ঐনা থাবনা কৈদৌনি। অদোম্না থানিংবদো অদোমগীনি। হেক চল্লিবঃথৈ লিনিংবনি, য়েক্লিংবনি, থানিংবনি নত্রা?

মঙোন্দা শীগে হায়দুনা চিঠি মশিং থংদনা হৈত্রে। চিঠি অমফাও মাগী মথুত্তা য়েহনবা ঙমখিদ্রে। ইচিনসিনা "সোবিত্তা ঐদি নহাকপু হুংশিজবনিকো" হায়বা ঙমখিদ্রে। চিঠি ময়ামগী মরক্তা চিঠি অনিদংদি ঐগী লাইরিক ময়ানগী মরক্তা য়েংশিন্দুনা লৈরে। মসিমদি মাঙবা ঙমদ্রমাল্লে। চিঠিগী মরোলদি অসিনি।

ইঙেনগী ২২ নি পানবা

লৈবাকপোকপা

হুমিদাং পুং তরেৎ-মথায়

ঈশ্বর, জগৎপু শেম্বিবা

অব্রাবা চিংনবনা থন্নবা লাংতক্লবা পুক্লিংনা ইকোয় কোয়শিনবিরবা থম্মোয়,—মরকসিদা করম্বা রাহৈ লৌশিংনা নহাকপু পেলহনগদগে, অমম্বনা থল্লি। চিঠিসি লোয়বা ফাওবদংদি পাবিয়ুকো।

সোবিত্তা,

ঈশ্বরনা থৌজানবিরদগী ওসিদি ইনবা হোৎনরে চিঠিসে। কনা কুইরে হোৎনরকখিবা। ইগে হেক তৌই রাখল থল্লিঙৈদা হেক মপুং ফাহৌদা, অহুদগী অমুক হৌগৎল্লি জ্ঞান তাদে। লোইশিনবা নাইদে।লোইশিনবা অন্না্রই নাইদে। থবক্কী তাজাগী অমদি মতিক চাদ্দুনা হিংবগী মৈয়িলকসিদা থবক্ক য়াংশিনবা

ইঙম ঙমহনখিদে। শোল্লবা পাঙ্গলসিদা থৌনা মতেক অমতং ফংজরহুনা ইবা হৌরে। রারৌবিবা মাদেকো নকমদা খর য়েংলে হায়হুনা। মসিগীদমক ঙাকপিয়ু ঙাকপিহৈবা মুপীগী গুণগা লোয়ননা।

সোবিতা,

ঐহাক নহাকপু মুংশি। পুন্সিগী অরা-মুংঙাইগী শরুক য়ামিন্নসি হায়জরি। পুক্নিংগী রানি। লেপচবনি। হৈরম-হৈকাত্তবা হায়বসিদগী অশোয়বা কয়ামুক চোংথোরক্রম্বা মাই। হোংখৈ হোংনজরকরগা ফল্দি কংদহুনা অরেম্বদা রাহুনা তোক্লম্রা? নহাক্না নোংমা হায়খিদনা "ফুল পেরোদ তৌবসি রাই" মহু হায়নগা লোয়ননা নমান্নবী মরি মঙাগা থোকমিন্নরকইদনা অরোইবা ক্লাসতু লোইরহুনা। নমান্নবী শঙ্গুলক্তগী নহাক্না খরা লৈথহৌরগা ইনাক্তা চংশিল্লক্লুনা অহুম্মা রা হায়রগনি হায়বা ঐ খনখিদে। মহুম্মা ওইন-চাওবী ওইরগনি হায়বদি ঐহাক খনখিদে। অহুবু কয়াদা মুংঙাইগ্রবা পুক্নিংসিদি। সেমিনার য়াওফমদা ঐনা মীঠাই শেঙ্গমনচিংবা কয়া পিখিবদো নহাক্না হরাও হরাওনা লৌহৌবদো কয়াদা পেঞ্জরিবা থম্মোয়সিনা। ঐখোয় ভরামুক য়া-য়া লাংহুনা শিংজু, থবি চামিন্নখিবদো কয়াদা নিংশিংনিংঙাই ওইরিবা। ঐনা নঙোন্দা হায়খিদনা য়াম্না নেম্বা খোলগা লোয়ননা নহাকী নাপদা। মহুদা নহাক্না নোকখি। নাপদা লোম্না ভংখিবা রাহৈহুদি "চিঠি অমতংদি পীরক্কে"সিনি। নহাক্না হায়খি। ইকাই মুংশি য়াননা "তন্নি" অহুগা নোকখি। ঐবু করি মুমখিবগে মহুদা। মহু ইঙাও ঙাওবা অমনি। মংনা

অহুম্না তৌবদো ঐগুম্বা মুপা অমদদি লুহোংবগী [illegible] হেন্না মমল লৈরে। লাংতক্লনা হংজরিবনি "মসিগী মহুংদা ; করিবু য়াওরিবগে ?" অমুকসু লম্ফাংলবা লম্বীসিদা কদোমদনো চৎকদবসিবু ? মায়া মারিচিকা ! —তুরেল ইচেলসু লেপ্তুনা চেল্লি। পুন্সি হায়বসি কয়াদা অম্নাবগী মশক্নো ? থরায় মচাশিংগী য়ারিসি খরদি তাবিয়ুকো। পুন্সিগী লৌনম মীনোক অসিদগী ইশাবু কম্নবগীদমক তুমিন্না অম্নাবা খাংহুনা লেনবা নন্তুনা করিগু লৈতে। ঈশ্বরনা পুক্নিংগী অৱা-অনা থৈজিনকমনি। নংনা করি খল্লিবগে ঈশ্বরনদি খংই ঐনদি খংদ্রবসু নত্র' ? শক্লাইদবা অমদি য়াওরি। মসিনা করি ? থম্মোয়দা মসিগুম্বা ইথিল-য়াখল অসি করম হায়না পোকইবনো ? অসুক চাউথ্রবা সংসার অসিদা মিৎয়েং য়াখল সোংবতা নঙোন্দা পুল্লপ চুমশিল্লকইবসিনা কয়াদা ঙকপ্রবনো ? শকউদবা ঈশ্বরগী মরমসু নৈনবদা লোইবা নাইত্রি। অঙকপনা থল্লি। লিনিংবা য়াঔদি য়াম্না লৈ। অহুবু লিররোই সোবিতা নহাকী কাইহৌবা মীৎয়েং পুক্নিং গুনবগী মশাক ওইরবা শাথেক অমসুং খোইথ্ময়রবা য়াহৈ-য়াতা অহুদা ঐ পুম্মুন মুংগ্রে। ঐনা নহাকপু থম্নাইদগীসু হেন্না মুংশি। নঙোন্দা য়োৎচাবীগুম্না চিংশিনবগী শক্তি লৈ। মহুনা ঐসু পুন্দুনা থমগ্রে। মিংশেলদা য়েংলগা শকী মমি তাই। য়েংদ্রগা তাদে। য়েংদ্রগসু ৎম্মোয় মিংশেন্দা হেক হেক উংলরিবসিনা সোবিতাগী শক্তম। উনরগা নিংশিংই। উমদ্রগা কাউই। উনদ্রগা নিংশিংনক্লরিবসিনা সোবিতাগী শক্তম। মসিবু করিনো ? মীওইবা হায়বসি অৱংবা

অমাংবা দলান পাম্মী। অছুবু সোবিতা আশা ত্তৌসি, চংশিনস্সি অমসুং হোৎনসি। ঐ নহাক্কীদমক লেপচগে।

সোবিতা,

মীওইবগী পুক্লিংদা লৈরিবা য়াখলসিমদি কয়াদা মনিং তমগ্রবনো! লিগদবা য়ারি খরদংদি চাগী, শক্তোমগী, লাইরিক তম্বগী, পুরিক্ষা ওম্বগী, ভাইবগী, ইমুং-মনুংগী, সমাজগী, বস থেংবগী, গারী য়াদবগী, থবক থিবগী, কোক্তোগী, পুক্লিং লাংতক্কবগী, সুংঙাইবগী অয়াবগী ঙামদি আশাগী অসিনচিংবা কয়া। অছুবু নোংথক্তা থোক্লিবা থরানমিচাকশিং অসি ঐগী মিৎতদি কয়াদা চঙ্ঙংনরিবা। কুংনা হৌরিবা মালেমগী নাশীশিংসি কয়াদা চয়েৎনরিবা! ঈশ্বরগী খুজিলনি। ঈশ্বরনদি নহাক্কী ঐহাক্কী থবক পুক্লিং লোইনা উরিবনি।

চংজরক্কবা ভিক্ষারিদা অঙম্বা মতেং দি পিনৈ। ভিক্ষারিগা মরি লৈনবগী য়াফম থোইনা য়াওদে। চৎনরিবা হায়ববু ভিক্ষারি হায়বসি তোল্লবনি অদুনা মীসুংশিগা লোইননা ভিক্ষা খরদং হাপথিবা মসিনি। অতিথি সেবা হায়ববসিদি য়েক্কবমক ওইরগন্দু তৌনরিবনি। মনুংগী ঈচেলদি ঐগী ঐগী, নঙগী নঙগী, মাগী মাগী, মখোয় মখোয়গী খঙজবী অমম্মদি লৈনরিবনি। মদুনা কয়াম মপুঙ ফাবগে হায়বদুদি খঙনবগী অমদি থিবগী লোইবা নত্তে। মতমসু অককনবদা থম্বা য়াবা নত্তে। ঈশ্বর লৈ হায়রি-বসিসু মীনি। ঈশ্বর লৈতে হায়রিবসিসু মীনি। মীগ মীগা য়েৎনবনি, হুংনবনি, প্নিনবনি। লোইবা নাইদ্রি। থৈজিনফমদি

ঈশ্বরনি। অদোমবু লাইবক্কী রাকমসি করম থম্বিবগে? ফনমক্‌ হুংশিদবা ইথক থোংবা মহাক অহুবু উবদা তঙাইফদবা ইকাই খুম্নবা ব্যবহার মচা অমদি থমদ-য়াদহুনা থম্নবসু য়াওই। মপান-থোংগীনি। পুক্নিংদা অমনা অমদা তান্নিবা অহুদি মপুং ফানবা নত্তে।

ফরে সোবিতা নহাক্কা নহাক্কী থম্মোয়দা করি খল্লিবগে হায়বহুদি নহাক্কী চিঠি পাউথুমদা থংবা ঙম্নবা ঈশ্বরদা থুরুমজরি।

(পুং ৮.৫৫) মতিক চান্দ্রবা লম্নানবা অমা

সোবিতা,

চোকথরবা পুন্সিগী থোঙচং অসিদা থিরিসিবু করিনো? করি অমুক থিনিঙাই লৈরিবগে? হনবা হৈতনা লেপ্পা লৈতনা চুরিবা অকনবা নোংজু মরক্তা অহুগা অমুকসু শারবা হুংশাগী মৈশা মরক্তা করি অমুক থিনিংঙাই লৈরিবগে? আশা পিবিরিবা হে লৈপাক্লে কৌবী লৈরাং নহাক্কা কল্লবা লৈতঙ্গাইবু থিঙ্গংহুনা লৈরাং লৈশক তাক্কুনা লৈরাং শাংলি তাক্লিবা। থম্বাল কৌবী লৈরাংনা তারমদাই হুমিংকী মশেক উবদা কয়াদা হুংনাংবা ফাওজরিবা! অহুবু লৈপাক্লে কৌবী লৈরাংগীসু ভোপ ভোপ্পা মচংকী মশক অমদি লৈজে।

য়াহৌ থেঙবা মালিগীসু থেঙলবা অয়ুকসিদা অশাংপা লৈ থিরি। থিকম থোকপনি থম্মুনা লৈ লাংনবা হোংনজরিবনি।

অমু---ি মক্কম থংনা পুক্কিংগী তহা-তহাবা খোঙচংমচং য়াওদনা ফজনা উননিংবানি অহুবা অশোনবা পুন্সিগী মচৎসিনা কৈদৌরুনি।

চেন্থ্রিবা পুন্সিগী ঈচেলসিদা চোকথরবা মিৎকমসিদা অইংবা নাম্বিবা হুমিদাংরাইরমগী হুংশিংনা য়ৈবক্সিদা খরদং মতুমমান খিংদোক্তুনা মালহৌনবসিদা, অয়ুক্কী লিক্লানা চাম্বা তখেল্লে লৈরাং উবদা পুক্লং খরদং তেকথৎচরিবসি মসিম্মতংদি মাংহন-বিগম্লকো, সোবিতা—

নহাক্কী লমলানবা

ফনা য়াম্না হোৎনরবগী তুংদা মমৈথংদা নোংমদি অসুম থোকউ তমথ্রমাল্লে মতুংদি সোবিতাদো হায়ার সেকেণ্ডরী স্কুলগী ওঝা ওইখ্রে। কলেজগী ওঝা অমথক্তা মখি লৈনরমলে। ঐগী ইমাংমক্তদা ওঝাতুগা মাগা, মাগা ওঝাতুগা চিল্লোকতুনা হুংশি য়ারি তৌনরক্লে। ঝুলোন লোইনা পুনিমা হুমিৎকী হুংথিলগী পুং অহুমদগী পুর্নিমাগী থাবল মঙালনা চাংলবা তোর্বানগী অশঙবা নাপীগী লমপাক্তা হুংশি য়ারী লোইবা নাইদনা শানরি। সোবিতাগী হকচাং মথক্তা কলেজ ওঝাতুগী হকচাংনা থেংলি। মমৈথংদদি অমনা অনদা মকি কোম্বগী থবক চথনরক্লে। ওঝাতুনা ওঝাতুগী ক্রুরিং লৌথোক্লরক্লে। অতুদগী ফি শিথবিখ্রে। ঈশিংগী ইপোমনা লৈরাইদা কন্না কন্না য়ৈশিনবগী মখোন তারক্লে। কোংবা তুরেলগী ঈচেলম্ন ইপাম্থাগী মতমসিদা মখোল থোক্লা

চেন্নক্লে। ঐ হায়জনবা মিন্থাইবিগদৌরবা তোবিকনবী লৈয়াইদা লেপ্পনা লৈরি। শগোলশেল জুম্বিংকী থর্রান পূর্নিমাদা (তাং ১৭ থা ৮ ইং ৮৯ ওইবসু য়াই) শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী শরিক মখোলনা পুমনিন্ন নিল্লি। ঈশ্বর থোগলদা ইনথংলক্লিবী লৈশাবী অমদি মৌ নহা কয়ানা খিং নম্মা উরি। লাইশং ভম্মা মী কয়া চংথ্রি। লাইশংদগী মী কয়া থোরক্লি। হুপা পালা, হুপী পালা, (খুদম অমন্নিদং পল্লবদা রাশেশ্বরী পালা, লৈম শিজ) কয়া মথং মনাও নাইনা ঈশৈ শক্নুনা দশম ভোরি। বিজুলি মৈঙালনা পুমঙাল ঙাল্লি। পুমনং লংল্লি। অরাবা হায়গদ্রা হুংঙাইবা হায়গদ্রা হুম্বিদাং অথেংবদা বিজুলি মৈ লাক্তবদগী নহারোল কয়া কয়ানা লৈশাবী কাংবু কাংবুগী মরক্তা হোংচন-হোংচন্দুনা শ্রীকৃষ্ণ-রাধাগী জলকেলীদা গোপ-গোপীগী শক্তম লৌহুনা অনৌবা তাইবঙগী জলকেলী শান্নথ্রে। ময়াম মরক্তুদা ইথল্লবা খুরমল্লি পৈশা থরদং কংলগা "সোবিত্তা নহাকপু কংজগে।" ঈশ্বরহু ঐনা হায়জবা তাবিরমগদ্র? মী কয়াগী মফমদা ঈশ্বরনা বর কয়া পীরমগনি। বর কয়া পিরম্মোই। মহু থংবা ঙমদে। ভাবনা শাবা ঙাক্তা ওইরমগদ্রা?

পাও লাক্লে। গোকুল বিহারিদো ইনে মাসিহোইরোমদা লাকয়। করিগুম্বা লাক্লবদি খুদোংচাদবা অরাবা নংবা য়াই। মসিদগী হেন্দোক্নুনা মথরাই মচা থরদং য়াওরিবদো খাঙথক্তা চন্নকম থংদনা মাঙখিবা য়াই চেকশিল্লু। তিথ্থঙগী শম্বল ঙাক্তা ঙাইহরে। নহাকী খোঙথাকম লৈক্লে।

নোংমা ইনে মাসিনা ইঙৌয়োক মহাদেব থুরুমবগীনি হায়রুনা পুরকপা সিন্দুরস্থ ঐগী লাইবক্তা নম্বীথিবস্থনা করি হ্রাথল-দগীনো? ঐস্থ নোংমা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী দর্শন কংলুরগা ফংলকপা হৈ-লৈ রুমাল মচিদা য়োমস্থনা ইকাই ইকাইনা পুরক্লগা ঐনা হায়খি—ইনে মাসি মসি ঈশ্বরগী হৈ-লৈনি। মসিদা পুক্লিং লুপ্প্ুরিবসিনা করি? ইনে মাসিনা মস্থ শংলবা ফৌতো কয়া চামহন্দুনা ঐঙোন্দা সোবিতাগী ফোতোকাদি লৌহৌস্ত্রা হংখিবস্থনা করিগীনো? ঐগী হ্রাথলসি চুম্না মত্তাং চানা ফোং-দোকহৌস্ত্রবনা পুক্লিংগী চৈথেংসি কংলরবরা? মমিৎ তাংলবা, মখোঙ তেক্লবা, মনা পঙলবা, মরোল থোক্লবা ক্ষিভম শোই-নাইরবশিংগী নিংশিং ভুমিৎ পালন্দা ঐনা ঐগী লৈজবী শক্তি পুথোক্তুনা অঙম্বা ফিরাল কয়ামুক য়োম্নবা হোৎনপ্তিবস্থনা মস্থনা করম্বা মহোৎনা? হরাও হরাও অতিথি সেবাদা পুক্লিং লুপ্পা উৎপ্রিবা সোবিতানা তৌরিবসি মরুপকী অমদি মবুংগী মফমদা ওইবস্থরা? অশিংবী সোবিতাগী মখুত্তা ঐ মায়থিহৌরে। মতম অমদা ঐনা শাগৎচখিবা লৈঙোইগী ফুরাদো ঙসিদি মথং মথং কাইথরক্লে। মা লৈবগী মুংঙাইরম্বদো মা লৈবগী অমুক হ্রারক্লে। করৌলী কিসফ্লুদি হংগেরী সাহিত্যগী অথোইবা লেখকী হ্রারীদা "মীওইবনা করি করিগুম্বদা মুংঙাইবা পুন্সিবু ম্রশানা মাংহনবা অপঙবা থবকসি তৌই।" ফোংদোকপনা মাংহনজবা থবকসি করিগীদমক ঐনা চৎথরিবনো? হু থক্লিংলক্লি। নিশা শিভিম্নরি। মোংফমদা খোং অসি থর কল্লপ্ থাংলি। কংগদবা মোংফমদা ...

তহাল্লিবসিবু করিনো? ঈশ্বরনা থোজাঅবিশিনি হায়বসিমদি ঐগী পুক্নিংদা শুকথনমক থনত্রিশ্বরা? ইথন্তগী ব্রাহ দা লম্মুক্লরি। করম্বা নিশানা অহিং কয়া তুম্বা মাহল্লিক্তিবাস কোকনি?

অদোম কাওবিররত্রা পুন্সিদা আশা, আশাদা পুন্সি। শিগদৌবগী শরুক মিকুপ অমতংদং ওইরবস্থ অফবগী মরমদা তোবা উম্ব্রা ম্রেংলমখো। ইংলিসতা থরদং :—

There is no benefit without sacrifice. When you want more, you have to make yourself worth more. You have to think of success, imagine success, dream of success and toil for suceess, so that success becomes yours. Successful people knew how to sell themselves to others. If we want the good things in life we must work for them. Make the best use of your talents and assets. Drive out the tired feeling It is give and take. Success starts with your thoughts. Thought is supreme. Preserve a right mental attitude of courage, frankness and good chee. Everything will turn out well in the end but only you struggle and sacrifice to make it happen. It is never too late to find success. Do something each day, which will, in some measure add to the ultimate fulfilment of your goal in life. If your desire in weak, momentary or transient, your achievements will also be like wise and there may be no achievements at

all. How strong is your determination ? Character is the crown and glory of life. পুন্সিদা আশা, আশাদা পুন্সি।

জুলাই ২৮ গী নোংজুমা ২৯ দা ঈচাও ওলহনখ্রে মণিপুর। ৩০ দদি মণিপুরগী মফম কয়াদা পাও তারে। হৈছাংলোমদা ঈশিং কায়বদগী য়ুম-কৈ তেকখ্রে। লৈলোংদা ঈশিংনা তুরেল লৌনম্বাল খুগাইখ্রে। লৌমানবী লৌকোন তাখোক্লচিংবা লৌফম কয়া লোক্তাক ওনখ্রে। পোরোমপাৎ লমফেল পাৎকী লোয়শঙ কয়া ছুটি থাখ্রে। ইম্ফাল দিমাপুর লম্বী ফাওনখ্রে। চীং নমথখ্রে। শুগম্নু, তাংজেং খুঙ্গাও ঈশিং থুমগৎলক্লি। লোঙা খুল ঈশিং চেকখায়রে। য়ুম-কৈ কয়া তেকখ্রে। ইঙোরোক মহা-দেবগী মাওবম্নু অতেক অকায় থোক্লে।

মুমিৎ থরনি হৌখ্রে। অঙাওবা ছুইগুম ওইরম্বা ইম্ফাল তুরেল মরাল শুকনৈ নৈজত্রবা অফবা সাধুগুম নৈখ্রে। অমংবা নোংম্নু মুংশা মঙালদা তাকখিবগুম তৌখ্রে। মী কয়ানা অরাবা তারবম্নু ইরিলবুংলোমগী পাঙল থরদি লু-থুম্বা, লাং-থাকপা, ঈন চিংবা অসিনচিংবা কয়া তৌহুনা ঙা কয়া কয়া ফারি। মুমিদাং-বাইরমগী মুংশিংম্নু লিরি-লিরি শিংলি। নোংচুপ চীংয়াদা মুমিৎকী মঙাল থরদং ম্না মচুগুম ফুদোংলি। সিনেমা হোলদা সিনেমাগী মেছিন্না ফিলম তাবগী মঙাল অহুগুম্না অকক্লবা মঙাল থরদং কাপথোরকপহু মঙাই। ঈশ্বরনা চানবিরবা সোবিতাদি মপুরোইবগা পাৎ-চাবা মীনা রানা লুমহুনা অহিং মিংশেল থাংহুনা

ফাবা ঙা কিলে৷ নিপাল লুম্বা রৌগী মমল তিক্করি। সোবিতাগী লৈ মচুগী শারিহুদা স্না মচুগী মুমিংকী মশেক্না য়েবদো কয়া ফজগ্রবা ! মপুরোইবনা থৌরিবা মারুতি কারদা সোবিতা মচা-মুপা চহি অহুমলোম শুরবহুমগা চৎলি। মচাহুনা মপাহুদা অমুক কোন মমাদা অমুক কোন, মমাদা অমুক ফম ঙাদা অমুক য়েং নোকমি নোকমিরদুনা ইম্ফাল সহরগী মম্লোলদা চৎখিগদবগী লম্বী মায়কৈ য়েংলক্লি। নোং চোৎলোইদবা কারদো কয়াদা মুংঙাইনা চৎলিবা ! ঐগী সাইলহু ধকনা ইত্তং তৎলি। অহাংবা লমহাংদা নোং থুপফমগু লৈত্র। চিদেকপী সাইকলগী খোংনেৎ কন্না ঙৎথনবা হোৎনরি পুন্সি লম্বী য়েংলি।

ঐ হৌজিক্তা নিংশিংক্লে এ মতম অমদা মাগী যুমদা অতিথি ওইখি। অতিথি ! যুমহুদা ঐ মরু ওইখ্রবা অতিথি ওইরম্মী। অতিথিদা অতিথিগী সেবাগীদমক সোবিতা— ।

---

লোইরবা।



মথংদা ফোঙলগদবা :-

# থবক্কী পরিক্ষা ঙম্নগী পাউ লাকপসিদা

…………সমরেন্দ্র পৈশা থিবদা ঙাওরে। মাগী ময়াম্বদা, মচেশিংদা মরিমতাশিংদা চং-চংদুনা হায়জ-নিজরুববু……মপুক্লিং সুংশিন্নদুনা তুমিন-তুমিন থম্মোয়সুংদা ……মখোল থোক্লা কপ্লক্লে …… রাথলগী মৈরিদমক……তৌফম খঙদবনা ঙাওচৎনরে…… The talent sobs ……… রারবা পুন্সিসে লোয়বা ঙায়বদা কয়াদা রারবা কয়া রারবা ………… নিংবা কায়বগী মন্নবা পুন্সিসিদা ……………………… পুন্সি মৈচাক হয়া হয়া হাপচিঞ্জরি, হৌজিক্তি কনাদস্থ মরাল থঙজিনবা পামদ্রে। … নম্বর ফোরগী ইংলবা লৈকোন্দা……মোনলবা ফমুং……পুম্নমক লাইরেবাকনি রাহংদো হংলক্কনু Don't put the question …… …… …… অফবা সরকার অমা লৈরি। চরাম চদৎনরবা নহারোল কয়াবু থবক পিনবা হোৎনবিরি……।

সুংশি রারী মপুং ফাওমদ লৈহৌরে ………।

মরমদি অঙৌবা লংনা লোনবা অঙৌবা ঙমথে, চিথেক মরি নাইনা মতুগী মসুংদা অঙৌবা লংনা লোনবা কুন্দো পরেং অতুগুম্বা অঙৌবা কুন্দো পরেংগী মসুংদা থারি অঙৌবা লংনা 'শ্যাম'……।

—ফোনিম খঙবিবরা ?

—A Phoneme is a elass of sound.

—মৈতৈলোন্দা রাতপ নিপাল য়াওবা রাহৈ অমতং হায়বিরকউ

—হিং+ন+ন+ব+গী+মক+ত+বু

—হিংননবগীমক্তবু।